পু শিদবা য়ারোল্লে। ইবেন শিদবি য়াকাইরে।।

ফাম্খিবশিংগী লাইরিক

# হন্নুবা হন্নুবি পাল থাবা

ফুঙ্গা ৱারি

অহেনবা ককথংপীয়ু; অম্বাংপা মেনশনবীয়ু।

অয়িবা—

থৌনাওজম য়াইস্কুল

কৈশামথোং অহনথেম লৈকাই, ইম্ফাল।

অফোংবা ঃ—
অয়িবা মশামক ।
লমদা থানিল,
তাং ১১ | ৩ | ৯০ ইং
নোংমাইজিং ।



মথংদা ফোংদুলগদবা ঃ-
নোংখোঙ ক্ষেত্রবগী পরেজ হনবা ( লাইনিং লম্বী )

মথুম পুথোকপা ঃ—
পুতুন অমসুং পুন্সিবা
খুরাই ।



মমল :—
লুপা ১৫.০০

ছাপা নম্ফম ঃ—
সন প্রেস, পাওনা বাজার ইম্ফাল
উষা সিনেমা হোল মমাং ।

ৱাহৈ থরদং ঃ

করিসু, লৈত্রবা "উচুংনা লাইনিং কল্লগা থমব্রংচাক ওল্লকই" হায়বগী পাউরৌদা থংব হৈবদি নত্তনা ফুঙ্গা ৱারী (পাল থাবা) অসিগী ৱাহনদোক থরদং পুথোক-চরিবা লাইরিক অসিগী অফবা ফত্তবা পুম্নমক পাওরৌবু থমবিরম্মবা চিংউশিংদা কৎথোকচরি। ৱাহনদোক পুথোকচরিবা ঐহাক্তি খোন্তোক খোঞ্জেনবু মখোন চাও-থোকহনবা Loud Speaker = Mike মথন অমনি হায়না লৌবিয়ু। চিংউশিংনা থম্বিরম্বা পাওরৌশিংনা তুরেনগী ইচেন ওইরগা; ইচেনগী মথক্তা তাওথরকপা কৌশিং ( পরিং লাংশং ছনবা ) মথন অমনি হায়না পাওদমজরি। অহেনবা ককথৎপীয়ু অৱাৎপা শমজনবিয়ু। কনাগুম্মবশিংনা হেন্না ফজবা ৱাহনদোক পুথোকপিরক-পদা থৱাই হকচাং য়াওনা তেংবাংজগনি।

লোয়ননা লাইরিক অসি পুথোকপদা খুরাইদা লৈবা মোইরাংথেম পুতুন অমসুং পুন্সিবা সাইরেম অনিগী অকনবা নিঙায়দগী থাংঙমদদুনা ফোংদোকচ-রবনি ।।

অয়িবা ।।

# হনুবা হনুবি পাল থাবগী
# ফুঙ্গা ৱারী

### ( নুঙখং পরৈ হনবা=কিশি পরৈ থোকপা )

### হনুবা হনুবিগী ৱারী করম্না লৈখিবগে ?

মমাংঙৈ নিংথেম্ পামহৈবা হাক্তক্তা ময়াং লৈবাক্তগী শাণ্ডিদাস গোষাই অমদি মহাক্কী খোংলোইশিং লৈবাক অসিদা ( মণিপুর ) দা রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোকপা লাকখি। মতম অদুদা চিংউ ( চিংঙু=ভগবান ) গী মতিং ময়াই ফংলবা লৌরেম্বা খোংনাংথাবা, থেঙ্গ্রা মরু ( গুরু=কুরু ) নচিংবা মীওইশিং হিংলি; মরুশিং অসিনা অনৌবা পুশিল্লকলিবা ধর্ম্মগী ইচেন অদুবু য়ানিংলমদে। মরুশিং অদুনা ৱারি শানবা অমদি ৱা তানবা খিবিক্তা নিংথৌবু য়ানিংদবগী ৱাফমশিং য়াওরম্মি। নিংথৌগী মনা ফকলাংদা থেৎলি হাম্লবগী কিজবা অমনা মরুশিং অদুনা ৱারী শান্নবদা নুংঙাইজরমদে। মরম অদুনা মরুশিং অদুনা ফমবৈ ফম্বা (মিটিং তৌবা) অমা লমলেন শিংউৎ পোকপি হায়না কৌবা অৱাং শেকমাইগী মখা থংবা হৌজিক্কা ফৈদিংগা হায়না খংনবা মফম অদুগী মখা অমদি মনিং পাংবা লাঙ্গোল চিংগী ফৌতেম (ম্যাম্না ঙম্ব্রস্ নত্তবা লৈতেম মান্নবা অপাকপা মফম) অমদা পাংথোকখি। চিংউ খোংনাং থাবগী মফমদা মরু থেঙ্গ্রানা অস্নুম্না

পাওহংখি। মরূ-মৈতৈ হায়না কৌবা খুন-নাই (সমাজ) কাংলুপ (জাতি) অসিবু মাংখিদুনা ময়াং লৈবাক্কী য়ামন্দি হায়বা অসিদা পুমলুপ লুপশনখ্রগদরা? চিংউ খোংনাং থাবনা পরি চংখিরম্মী (ধ্যান তৌবা) নুমিৎকি খোংচং থা অমদি লৈচিলগী পোরমশিং কুপনা নৈনবা হৌখিরম্মী। মসিমগু থওখিরম্মী মৈতৈ ধর্ম্ম লুপখ্রগনি অমদি করম্বা মতমদা শাফোংলক্কনি। থব্রান থাগী মতমদা য়েংথৌনা মপান শাংলকলবা; লমদা থাগী মতমদা ঈশিং চাওরক্কবা মতম অদো মৈতৈ শাফোংলে হায়না থংউ। মৈতৈশিং অসিনা শাফোংলকলবা মতম অদুদা লমজিং মৈরা ওইনবা; থবক খরদং পাংথোক্কবা খল্লখি। অসুম্বা খঙরবগী মতুংদা পুয়া খিবিক নৌহৌনা নাওদাখি (ঈথোকখি) কম্বে ফম্বগী মতুংদা হনুবা হনুবি অনিগী পাল থাবগী ফুঙ্গা য়ারি অসিদা মতৌ করমনা মৈতৈ ধর্ম্ম লুপখিবগে অমসুং মৈতৈ খুন-নাই হিংহৌগদগে হায়বা অদু ময়েক শেংনা তাকপিদুনা থম্মীরম্বা য়ারিনি হায়বা অসি ঐগী থাজবা লৈ।

অইবা

# ৱারী মপুন্ন

| | পন্দুপ মশিং | লমাই মশিং |
|---|---|---|
| মমাংঙৈদা হনুবা হনুবি অনিনা পাল থাই। | ১ | ১ |
| পাল থারিঙৈদা য়োং লাকই | ২ | ২ |
| য়োংশিং অদুনা ইপু ইবেন নখোয়না থারিবা পাল থাবগী মৱোং অদু তোকথোত্‌না পাল অদু ফ্লুংতোকলো মৎনা ফ্লুংতোক্লবা মতুংদা লৈবাক লৈরিক অমত্তা চংবা ঙম-দনবা লৈহৌরানা য়োমশল্লো; য়োমশল্লবগী মতুংদা পাল অদু কাংখুলদা থাজমহনখ্রে। | ৩ | ৩ |
| অহিংগী মতম ওইরকলবদা য়োংশিং অদুনা ফ্লুংতোকলবা পালশিং অদুবু চাখোকলে | ৪ | ৪ |
| পাল অদু চাখোক্লকলগা কাংখুল অদুমক্তদা লমপাল থাজল্লে। | ৫ | ৫ |
| নোং ঙাল্লবা মতমদদি লমপাল অদু মকা কে! কে! লাওনা শারেপ ফারক্লে। | ৬ | ৬ |
| হনুবা হনুবি অনিমক্কা পাল অদু চারসি হায়দুনা থোংলগা মহাও তংল্লুরে, লমপাল অদু চারুবদা লেংঙে লেংঙে হায়নরবগী মতুংদা হেন্তাক চারগা অরেংবা অদু খাংনখি। | ৭ | ৭ |

| | পন্দুপ | লমাই |
|---|---|---|
| হনুবা হনুবি অনিমক্না হেন্তাক চাদুনা থাংলবগী মতুংদা "শ্নোং" হাংজিল্লি হায়-দুনা লৌতুনরে। হনুবা অদুনা অশিবগী শকলোন লৌরদুনা মথুং চাবা য়োংখোক অমা পাইরদুনা কু অমগী মনুংদা লৈখ্রে। | ৮ | ১০ |
| হনুবনা শিজন্নরবগী মতুংদা হনুবিনা তেং-থারি, পাল চাদুনা শিখিবা মাইরেল চাদুনা হল্লকও। | ৯ | ১১ |
| মথংদা অনিগুবা তেংথারোলনা হা হনুবা নং লৈরিংঙদদি "ঙমউ" অমত্তা লৈরবস্ত, মচেং মচেং চাম্মিন্নে হৌজিক্তি নং শিরব-নিনা মগুম মগুম য়োঙশরে। | ১০ | ১৫ |
| হনুবিনা তেংথারবগী মতুংদা য়োংখ্রাম লাকলে। য়োংয়াম অদুনা ইবেন করি তৌরে পাওহংলে। হনুবিনা পাঙশারি (খুমলকই) ইশুগা নপু শিরে। | ১১ | ২০ |
| মী শিরববিনা পোংলোইনবগী থৌরম থাংথোক্লবা য়োংয়াম অদুনা হনুবনা লৈরিবা কু অদুবু, থাংদোকমবা হোৎনরুরে তাঙ্গা ফংলে খংলদুনা, হনুবা অদুনা, য়োংখোক অদুনা য়োংখ্রামগী মকোক অদু তোপ তোপ থুগাইদুনা হাংতোকলে। | ১২ | ২০ |

# ৱারীগী (নুঙথং পাৱৈ হন্দোকপা= কিশি পাৱৈ থোকপা)

পন্দুপ ১

## হনুবা হনুবিনা পাল থাই

### চাংদমনবা ৱাহন্দোক

পাল=মীওইবনা পোকপদগী শিব ফাওবা হিংদুনা লৈরম্বা (পাল্লমবা) মতম অদুবু তাইবংপাল হায়না কৌই। তাইবং=তায়োংবা অনম অহা চুবা; ইপং পংথবা (ময়া)। খুদমদি ঐহাক্কী হকচাং অসি ঐহাক্কী নত্তে। ঐহাক্কী ওইবা তারবদি খুজিল শাংলক্কনু, উনশা খুইজনলককনু হায়বা য়ারমগদবনি। অদুবু খুজিল অসি হেক্তা শাং-দোকলকই; উনষা অসি হনু লৈমন চনবগী হৌনবা খুইজনলকই। ঐগী নত্রবা ঐগী হকচাং অসি ঐগীনি হায়না ইশানা খনজে। অসুম্না ওইদবা পোৎশকশিংবু অৱোইবা শাদুনা তাইয়োংব ৱাথন তৌরিবা অসিবু তাইবং কৌই। অতোপ্পা খুদম অমনা নিংথৌ অমনা চহি মঙা পাল্লমই হায়বা তারবদি; নিংথৌ ওইনা চহি মঙাথক লৈরম্বা (পাল্লমব) মতম অদুবু খংনগনি। মথং খুদম অমনা নং করি লমদা পানবনো? হায়বা তারবদি মী অদুনা লৈরিবা মফম অদুবু, কদায়দবু, লৈবনো

অমদি লম অদুগী মফিংনা করি কৌবগে হায়রা রাহং অসিবু থংনগনি। মরমশিং অসিনা পাল হায়রবদি: মযম, মতম, মরম থংনবদা রাহে হৈ্‌হম্মক শিজিন্নবা য়াই অমসুং শিজিন্নগনি।

হনুবা হনুবি অসিনা পাল থাই—মাংলমচক্কি মতমদা চিংউগী মতিক ময়াই চেন্নবশিং অদুনা (ক) ধর্ম নিতি (হৌনবি থংবা, লৈবাক মচা ত্রাবা চৎনরোন অমদি লাইনিং কাংলোন)—হোন লোনচৎ (খ) রাজ নিতি—(লৈঙাকলোন অমদি থবক্‌শি থাশীগী পোরম) (গ) অর্থ নিতি—(লুপ্পান কৈরান অমদি হকচাং ফনবা পোরম) লিকলম অহুম অসিবু মরিক চুম্না মচা থাইনা থম্ম লৈনরুম্না হৈকদী হাকশীরুম্না অক্নীবা মতম অদুবু হনুবা হনুহিনা পাল থাবা হায়না পাওরৌ লিরৌ (পাথোং) ওইনা অসুমনা থম্মীরম্মি।

---

পন্দুপ ২

## পাল থারিঙৈদা য়োং লাকই

চাংদমনবা রাহনদোর্ক

য়োং=মনাতোম তাসিনা রাংগ্রেক (ভারাকপি মচু শংগ্রিক শংবা, মচিন য়াম্মা শাংবা) উচেক অদুগী মচিন মানবা। মমিং অদুনা ইরক মকুগী মিংতা চংবা

(মানবা), পিগুমদগী লল্লাই লুতোন অমদি লুথমগী চিথা থাকলিবা ফাওবা অসিবুনা লংজা হনুবা মকোক ভাঙাংবা (য়েকতালি য়েৎপা) মানবা অমদি তৌথোরকপা থবকশিংদসু, চোং কান হৈবা মিনম থৌরাল লাং থাকপা অসিগুম্বা মথনগী মীওই মাংলুপশিং অসিবু য়োং হায়না শৈথানরম্মি অদুনদি শান্তিদাস গোস্বাই অমদি মহাত্মী থোংলোইশিংবু "য়োং" হায়না কৌনরমই।

পন্দুপ ৩

য়োংশিং অসিনা ইপু ইবেন নথোয়না থারিবা পালথা অদু মন্নোং হোংদোকলো হায়না তকশনমই। পাল অদু ফুংতোকলো মতুংদা লৈহৌরানা য়োমশল্লো, লৈবাক লৈরিক অমত্তা চংহন্দনা য়োমশল্লগা কাংখুন্দা থাজনহনস্রে।

চাংদমনবা ব্রাহনদোক

পাল ফুংতোকপা=কংলা উত্রামাংদ মৈতেগী পুন্না কয়ামুক মৈ থাদোকতুনা মাংহনখিবা অদুবু পাল ফুংতোকপা হায়না কৌই। লৈহৌরাম য়োমশনবা—ব্রামৈগী মনুংদা মৈ য়োকতুনা থম্মগী মন্নোংদা অঙাংগী শামবদা, খুম্নংগী ইশৈদা, পুন্নাগী লাতমশিংদ অমদি ফুঙ্গা ম্নারিদ পাউরো লিরৌ (পাথোং) কয়াবু থম্মীরম্বা অদুবু লৈহৌ-রা য়োম্বা থঙনগনি। (লৈ=লৈবাক খুননাই পুম্নমক,

হৌ—হৌগৎনবা—নৌনা য়েংদ্রিং হনগৎলকনব, লা—লাওথোকলমবা, পুন্নাগী লা-তমশিংদা) অদুব, লৈহৌরানা য়োমশনবা হায়বনি।

লৈবাক লৈরিক অমত্তা চংহন্দবা—লৈবাক মীয়াম (প্রাজাশিং) গী অয়েৎপা অথিংবা অমত্তা চংহন্দবা, য়াহন্দবা অদুব, তাকলি। কাংখুলদা থাবা—লৈবাক খুন-নাই পুম্নমক্তা শিনথুংনা অনৌবা ধর্ম্ম অদুব, চৎনখিবা অদুব, তাকলি (চৎনবা হৌহনখিবা)।

———

পন্দুপ ৪

অহিংগী মতম ওইররুবদা য়োংশিং অদুনা ফুৎতোকলবা পালশিং অদুব, চাথোকলে।

চাংদমনবা ৱাহনদোক

অহিংগী মতম ওইরকলবদা—অতোপ্পা মীশিংব, খংহন উহন্দনা। পাল চাথোকপা—মৈ থাদোকপদা য়াওহৌরবা পুয়াশিং অদুগী ইচেনব, খংদোরুবা হোৎনখ্রি অদুব, পাল চাথোকপা হায়না কৌই।

———

পন্দুপ ৫

পাল অদু চাথোকলগা কাংথুন অদুমক্তদা লমপাল থাজল্লে।

চাংদমনবা ৱাহনদোক

লমপাল=মীরানচা, মীগী লমগী মচা=ময়াংন-চিংথশিংগী মমিং, লাইনিং লাইশোন কয়াবু মীগী লমনা ঐগী লমদা পাল্লবা লমপাল হায়নবু কৌই। লমপালনা কয়ামুক শাফু কনবগে অমদি মতিক লৈখ্রবগে হায়বব, (ক) মৈতৈশিংগী ময়েক ( Original Script ) হিংলিবমক্তদা অশিবা ময়েক চৎনহলি অমসুং বঙ্গলা ময়েকপু মৈতৈশিংনা খংবা হৈবগুম্না মশাগী ময়েক ওইহল্লি। অদুগা মশাগী অশেংবা ময়েকপুদি হৈত্রবা অমদি অকাওবগী লৈরোল চন্দুনা লৈরিবা অসিব, মীগী লমনা ঐগী লমদা লাক্তুনা পাললবা "লমপাল" হায়না কৌই। (খ) মউরা পল্লি, কাংলৈ পুং ময়োন হায়না শৈথারম্না লমদম অসিব, মহাভারতকি "মণিপুরনি" হায়দনা হিংনম হেক্তা তৌশিনবা (গ) অয়ুক নুমিদাংগী ৱাঙাং কয়াদা ময়াংলোন কয়া থেৎচিনখিবা খুদম "দরকার লৈতে" (মথৌ তাদে) হায়রিবা। তশেং তশেংনা মথৌ তাদে/মথৌ লৈতে হায়দুনা অশেংবা ৱাঙাং অসি ঙাংলুবা থোকলবদি তাবিরিবা মীশক অদুনা করি হায়রিধনো হায়দুনা অয়াম্না মতমদা ঙকচানৈ। (ঘ) মীগী মমিং কৌনবদা ময়াংগী মিংগৌ ঙাক্তা কৌনরবপা

(ঙ) "শ্রী" অমসুদি "সিংহ" মচিংবা হাপচনহনবা; অসিনচিংবা পুম্নমক লমপাল থাবা ঙাক্তনি। সোই গোষাই (শাণ্ডিদাসকি খোংলোইশিং) মতম অদুদগী হৌরদুনা ঙসি ফাওবদা লমপাল থাজনবা লেপ্পা লৈত্রি।

নৈনবা ম্রারোন

নিশা চাবশি হৈনখ্রবদি অমুক হন্না তমবিরুদ্রবস্ন, নিশা চারুবা মীশ্যক অদুবু, নিশা অদুনা খুদুম চনখি-বগুম, মৈতৈ হিন্দুশিংগী মরক্তা সংস্কৃত ভাশা নত্রগা অতোপ্পা লোনজন য়াম্না মৈতৈ লোন্দা থেংচনলি। অদুগুম্না অতোপ্পা লোনজন কয়ামরুম য়াওবা লাইরিক-সিংবু, পারুবা নত্রগা তারুবা থোকলবদি, পারুবা অমদি তারুবা মীওইশিংদদি মদুনা চমমনহনলি।

---

পন্দুপ ৬

মোং ঙাল্লবা মতমদদি লমপাল অদু লকা কে। কে। লাওনা শরেপ ফারমলে।

চাংদমনবা ম্রাহনদোক

মোং ঙাল্লবা মতম=অচুম অরান খংরুরবা মতুংদা খংলকপা। লমপাল অদু মকা কে। কে। লাওনা শারেপ ফারম্রে=মৈতৈ খুননাই অসিগী মনুংদা মৈতৈ হায়বা

ঋাহৈ অসি পুম্মাং মাংখিবগুম তৌরগা হিন্দু নত্তবা হিন্দু ম্যালহনদুনা চিংনবা লৈতনা, অরেম্ব থাক অমদা হিন্দুনি হায়না শাফোংখি অদুবু, লমপাল শরেপ ফাবা হায়না খঙনরকলি। মতম অদুদগী হৌজিক ফাওবদা ওইরক- লিবা মৈতৈগী ফিবম অসিবুনা লমপাল মকা কো কো লাওবা হায়না কৌই।

---

পন্দুপ ৭

হন্নুবা হন্নুবি অনিমক্তা লমপাল অদু চারুসি হায়দুনা থোংলগা মহাও তংলুরে; লমপাল অদু চারুবদা লেংঙে লেংঙে হায়রা খংল্রকলবগী মতুংদা হেক্তাক চারগা অরেংবা অদু খাংনখি।

চাংদমনবা ঋাহনদোক

থোংলগা মহাও তংলুরে—গৌড় ধর্ম্মগী ময়াক অসি কয়ামুক মরু হকনা লৈবগে অমদি মগুন কয়ামুক লৈবগে হায়দুনা পংখে য়ৌনা চাংয়েং তৌদুনা মহাও তংথোকপা, খংদোকপা অদুবু, থোংলগা মহাও তংবা কৌই। অহানবগী লেংবা = মৈতৈ হায়বা অসিনা করিনো? লাইনিং লাইশোন্ন কদায়দা লৈ? অকোনবগী লেংব—হিন্দুনি হায়বা অসিবু, চুমলিবরা? ফমজন্দুনা

লৈরবা য়াথনগী ইরোননুংদগী অওনবা অহোংবা পুরকপা অদুবু, লেংবা হায়না কৌই। হেক্তাক=মিনম খুরান লাং থাকতুনা অচুম্ববু, খংহন্দবা ওইদববু, অচুম্বা শানা থাজহনবা; মানব ধর্ম্ম=মীথুংশেমগী ধর্ম্ম=খুংশেমগী ধর্ম্মনা গিক থল্লে খংলকপা; হেম্না তাকশনবা মথাক শংজনবা অদুবু, হেনতাক হায়না লৌবা য়াই।

খুদমদি মখোং য়াংলবা মপাঙ্গল কল্লবা ষণলাবা অমবু, মমিং খুমজনবিরে হায়রগা থাওশুম্না কোল্লু, (কপত্রেং) অমগী মখোংদা কয়ারক হন্না লৈহন্দুনা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবদা কোল্লু, অদুবু লৈহল্লি। মসিদা ষন অদুনা তায়ুক্তগী নুমিৎ তাবাফাওবদা চৎখিবা লম্বী অদু তিংথোকপা তারবদি য়াম্না শাংলবা লমশাং অমদি ওইগনি। অদুবু মমিং হাংদোকপিরকপা মতমদি অমুক্তা লৈহৌরিবা কোল্লু, অদুগী মখোংদা লেংদনা অদুমক লৈরম্মী। মতৌ অসুম্না হৌন-লোনচৎ (ধর্ম্ম) গী মমিংদা লৌজনাম ওইজনাম কয়াগী লাং থাকচনবা অমদি সংস্কৃত মরোল নত্রবদি অতৈ লোন পুম্নমক অসিনা মপু (ঈশ্বর) দা হায়জবা, চৎচবা চংজ-বনা ঈশ্বরগী মনাকোংনা তাবিদে খুনহনবা অমদি কা হেজিননা তাকশিল্লিবা পুম্নমক তদুবু, হেক্তাক মখল অমনি। শাইয়ন লাংওন (অবতার) গী মতুং-ইন্না লমপাল চাবদগী লেংঙে হায়না লাওরকখিবা মীশক অমনা কাছার জিলাগী জারুবোন্দা পোকখ্রবা অহল

ইবুংঙো লাইনিংহন নাওরিম্বা ফুম্নোনা অহানবা 'ল্লময়ানবনি।

নৈনবা য়ারোন

অরিবা য়াকমবু নৌহৌনা নিংশিনহবা খোমজিনবা শৈরেং অদুবু সংস্কৃত মরোনদা গীতা হায়না কৌই। মরম অদুনা মৈতৈগী অরিবা পাওরৌদা অসুম্না হায়রি ঃ—

থা! থা! থাবুংতোল; নচা মোরাম্বী গোবিগে!
পোম্বী শনম, নম্বীগে! হৈবোং চরোং অমত্তা!
থাদবিরকউ থাবুংতোল। নথি মরক্তা তাথরে!
নয়ুং মরক্তা তাথরে। নপা কনানা চাবিনি।

নিরাকার ব্রহ্মদগী শাফোংলকতুনা 'স্বকার ব্রহ্মদা হায়বদি লাইগী খুৎশেম ওইরবা, ইশাবু ইশানা নিংজবা হায়বা য়াকমসিদা থাজরম্বা মৈতৈশিংনা স্বকারগী হৌনবা মীওইবগী মূর্তি পুশনলকপবু মোরাম্বীগা চাংদমনরি। অদুগুম্বা মোরাম্বী অদুবু অঙাংনা শান্নবদৌনা অহনশিংনগু শাহবদা য়াওশনহল্লে। পোম্বী শনম নম্বিগে—মশানা হৈনজদবা অদুবু নম হাদুনা শনম (নাহোং শাবা) অমা তোপশনবগী থবক অদুবু নম হাদুনা চৎনবি ওইহনস্রে। হৈবোং চরোং অমত্তা থাদরকউ থাবুংতোল—কুরাং-পানদদি য়াম্না ফজবা অদুগা মনুংদদি মহাওসু য়াংদেবা ইহাম হাম্বা করিসু লৈতবা অদুবু "হৈবোংগা" চাং-দমনরি। থাবুংদোন—থাজনা মপুং মরে ফাজৎপা

পুমলোই লোইরুরগা অমুক হন্না শিথরকতুনা থাশি ওইরকপা অদুন্না হে নিংথৌ থাবুং ওইরকলিবা অমদি নহান্নী স্বকার ধর্ম্ম অসি নোংমদি মতোন লোমথিদুনা থাশি ওইরকথিগনি হায়বদি মাংলকথিগনি হায়বনি। থা, থা, থাবুংতোন=মতমগী খোংলেনা চাওথংপা মপুং মরৈ ফাগংলকলিবা স্বকার ধর্ম্মগী খোংলোই ওইরিবা হে নিংথৌ। নচা মোরাম্বী গোবিগে=নহাক্না চারা লিংথোকচরিবা স্বকার ধর্ম্ম অসিবু ম্যানিংযদি তৌদনা নমদুনা নংগনলোম থংবা শরুক্তা থোনম্বি থোনম্না ওইনা পোবিরগে। নথি মরক্তা তাথরে নম্নুং মরক্তা তাথরে নপা কনানা চাবিনি=অদুগুম্না স্বকারগী মশক ওইবা ধর্ম্ম অদুদগী করিগুম্বা লৌথংনিংঙাই ওইবা গোৎচাক অমত্তসু য়্যাওদে।

নিরাকার=মম্লোং থংদ্রবা শকতম অহাংবগী মতৌগুম্না স্বকার=মশক মম্লোং ফোংদোকলবা।

---

পন্দুপ ৮

হন্‌বা হন্নুবি অনিমক্না হেক্তাক চাদুনা থাংলবগী মতুংদা "য়োং" হাংলসি হায়দুনা লৌতুনরে। হন্নুবা অদুনা অশিবগী শকলোন লৌরদুনা মখুৎ চাবা য়োৎ-থোক অমা পাইরদুনা "ক্নু" অমগী মনুংদা লৈরে।

চাংদমনবা ৱাহনদোক

কু=মকু কুরাংবান্দনা চন্দোন থিনজিনবা; হুমলাং (মুক্তন) থাংজনবা মিংগী মমাংদনা "শ্রী" হাপচিনবা অমদি মিংগী মতুংদনা "সিংহ" হাপচিমবা, লাইশোন তিনশোন-দস্ু হিন্দুমক মায়া মতৌতন্না হিন্দু পুমওন ওল্লবা; মনুংদনা সম্নামহিগী থুবম য়ারিবা; অমদি য়েক তরেৎ, শলাই মাপলগী লিকলম কাংথুনস্ু কাইদনা অদুমক মরৈবা অসিবু, হনুবনা "কু" মনুংদা শিজন্নদুনা লৈবা কৌই। য়োংথোক=অচুম্ববু মশক থংনবা তিন য়োং-থদুনা ৱাথন তৌবা; অমদি চুমলে থংলবা ৱাফমদা অকিবা লৈতনা খোংফম হোংদোক্তনা অৱানবা মাই-য়োকপ্লবগী শেম শাবা অদুবু মথুৎ চাবা য়োংথোক পাইশনবা কৌই।

———

পন্দুপ ৯

হনুবনা শিজন্নরবগী মতুংদা হনুবিনা তেংথারি "পাল চাদুনা শিথিবা মাইরেল চাদুনা হল্লকও!"

চাংদমনবা ৱাহনদোক

পামেল অমা ওইনা লৌরগা মৈতৈ হায়না কৌবা পামেল অদুগী মহে অদু রামান্দি অমদি গৌড় ধর্ম্ম হায়না কৌবা মহে অদু পালে। মৈতৈনা মৈতৈ কৌথা

মহে অদু পানখিদরে অমস্নুং মাংখরে। মক্কম, মতম, মরম অহুম অসিগী থোংলনা মাংস্রবা মৈতে অদুবু পাল চাদুনা শিখিবা হায়বনি। মাইরেন=হকচাং কয়াংলোনগী মরমদা থরদং থং হৈরবা মীশক অদুবু, অমাইবা মাইবা কৌই। অমাইবগী মরমদা হক্ন চংথোক্তা থংবা অদুবু লেন, নত্রগা রেন হায়না কৌই। মাইবরেল হায়রবদি মাইচৌ পুরেন ওইরবা মীশক অদুবু মাইবরেল, মাইবরেলদগী লোনথে চংলকভুনা "মাইরেন" হায়খিবনি। মাইরেন চাদুনা হল্লকও! মাহে পরেং অসিদি নুংবুম ঋাখিলগী ইয়োম্নুংদগী শিংলি জিথুম পরম, মরম চুম্না শুথদুনা মৈতে কৌবা পামেল অদুদা মৈতেগী (ক) ইচং সংস্কৃত লোনদা হায়রগনা ব্রহ্মচার্য্য (খ) লিচং=গার্হস্থ্য (গ) মীচং=বানপ্রস্থ্য (ঘ) শাজং= সন্ন্যাস হায়রিবা চংন-লোনচং মরি অসিনা পুনশনবা (১) হৌন লোনচং=হৌনবি লোনচং (ধর্ম্ম) Religion (২) চংনরোন, চংনবি রুহি (Customary law) অমদি (৩) ইপা নাং, ইপু নাং—ইপা ইপুনা চংনরম্না হৈনবি ওল্লবা চংনলোন (Traditional doctorines) কয়া অসিবু হনজনবিরকও হায়বনি।

রামান্দি ধর্ম্মদগী গৌড় ধর্ম্মদা ওনথোরকপা মতমদা চিংউশিংনা নৌনা পুথোকলম্না পাওরো থরদং নাচোম থইনা লোখৎচদি।

নোম নোম শগাই তোং।
চানবা লৈতে তখেন (তাকলে, খৈরে) থাং
তখেন থাং (তৌদ্রবা য়াদ্রবা ধর্ম্মগী খোংথাং) গী
মপান্না বামোন সনা য়ানহৌই।

চাংদমনবা য়াহনদোক

হোরি বানদোং শাফবদা নুংঙাইথোকপগী মতৌগুম্না শৈরু মাইথজদুনা ঈশিং মনম নম্না ফি রোন কয়া শেংচন ইনশনদুনা অয়ুক অঙনবন্দগী নুমিদাং অথেংবা য়াওবলা ধর্ম্মগী নামাদ ললাংদুনা পেনথোকতুনা মতম মাংহনবা ঙম্না মখনগী ধর্ম্ম (গৌড়) অদুবু নোম নোম শগাইতোং হায়বিরম্মে। নোং ঙানবদগী হিংনবগী গুরুব নোমলুবা পুম্নমক থাদোকতুনা ললাংদুনা লৈথোকলুবা মরমনা চক্রু উয়ানদদি মিরাং থাংনবগী মরম ওইরকপা অদুবু চানবা লৈতে হায়বিরম্মে। তখেন থাং=তাকপি তমবিরকলিবা তৌদ্রবা য়াদ্রবা ধর্ম্মগী খোংথাং অদুবুনা তখেন থাং হায়রম্মে। তখেন থাংগী মপান্না বামোন সনা য়ানহৌই=ইল হুনবা অমদি ঙা ফানবা য়াই থাবা মীশিংনা ইল অদুনা চিংখৎলকপা মতমদা শোইদনমক্কী ঙা থরদি ইল অদুদ য়াওরকই। য়াই থারগনা ঙা পুম্নমক মকোক ঙাওরদুনা ঈশিংগী ইমাইদ তাওখৎলকই। ইল হুনবা অমদি য়াই থাবগী মতৌগুম্না হরি মন্দির

অমদি মান্দপ কৌবা চাওর চাওরবা লুজাও কয়াবু লৈকাই খুদিংদা লৈরি। চাওর চাওরবা লুজাওশিং অসিগী লম্ কাইবদি মন্দিরবু পাম্বরিবা বামোন অদুনা ওইরি। অদুগুম্বা বামোনশিং অদুনা সনা লুপা কয়া তাশন থোমজনববু সনা য়ানবা হায়না লৌজরি।

মথংদঃ— শিঙেল নিত্যাই পাৎকি চিথেক্তা
চৌরিবা লৈরাং করিনো
লাইর কোং কোং তাখেল্লে!
লাইর কোং কোং কুরাও লৈ।

চাংদমনবা ব্রাহনদোক

গৌর নিত্যাই অনিগী মধুর রস অমদি শিঙ্গার রসতা ভাওথরিবা নত্রগা রাধা কৃষ্ণগী প্রেম রসনা থুমহৎপীদুনা লাইরবগী পংখৈ য়োরে হায়বনি। তখেল্লে =তাকশনবিরকলিবা ধর্ম্মগী ইচেন (লৌজনাম ওইজনাম কয়াবু য়ুগফম ওইনা শেমজনলগা চৎনহনখিবা ধর্ম্ম অদুবু তাখেল্লে হায়না লৌজরি)। লাইর কোং কোং কুরাও লৈ=লাইরবনা মরম ওইদুনা হিংনবা লম্বী ফংদবনা কু (অশিবশিংবু থমনবা উপু) অদুবু ফংজ-রগে হায়না করেমনরি।

---

পন্দুপ ১০

হা হনুবা! নং লৈরিঙৈদদি "ঙমউ" অমত্তা লৈরবস্, মচেৎ মচেৎ চামিম্নে; হৌজিক্তি নং শিরবনিনা মপুম মপুম য়োংশল্লে।

চাংদমনবা ৱাহনদোক

ঙমউ=ঈশিংদা লৈবা ঙম্ন কৌবা ঙা অদুঙাক নত্তে। অতোপ্পা ৱাফং অমনা মহাদেশ মঙাগী মীয়ামদা, মৈতৈ কৌবা ফুরুপ (জাতি) অসিগী মশক তাকপদা চংগদৌরিবা মউ হায়বদি থবক ঙমগদৌরিবা মহকচাং (Body) অদুবু ঙমউ হায়না শৈথাবিরমলে। থবক ঙমগদৌরিবা হায়বদি ঙমবা অমস্ুং মউ ওইবা ৱাহৈ অনি অসিনা নুনশল্লগা ঙমবা+উ=ঙমউ হায়রবদি মৈতৈগী পুয়াবু "ঙমউ" হায়না পাওৱৌ লিরৌ (পাখোং) তসিবু থমবিরম্মে। ভাতিগী ফিরানগী মহুৎ শিনগদৌরিবা পুয়া খিবিকপু ঙমউ হায়রমলবনিনা পুয়া পুমনমককি মরুমদা ঐখোয়না থুপকম থোকই। হা হনুবা নং লৈরিঙৈদদি ঙমউ অমত্তা লৈরমস্ মচেৎ মচেৎ চামিম্নে=মমাংঙৈ চিংউশিংনা হিংলিঙৈগী মতমদদি অমমলোলগী ৱারোন=ইনুংলোন=দর্সন=Philosophy বু খননবা নৈনবা তৌদুনা তম্বিরম্মি অস্মনা নুংখাং পরৈ লৈশনবা অমদি পরৈ হান্দাকপা হৈনরম্মি হায়বনি। হৌজিক্তি নং শিগ্রবনিনা মপুম মপুম য়োং-

শল্লে—হৌজিক্তি চিংউশিং অদুনা নোঙ্গাঙ্খ্রবমিনা লৈমুং অমমলোম—ইম্নুংলোনবু, তম্নিবা লৈত্রবনা পুন্নাশিংগী মনুংগী ঈচেনবু তাকপিনবা তমখিনবা লৈতবনা পুন্নাগী ব্রাহেশিংবু মপুম মপুম য়োৎশল্লে হায়বনি। ঙসি ঐখোয়না পুয়াগী লোন্দা পুদাশিংবু খংদ্রিবা, হৈত্রিবা, খুদোংথিরিবা পুন্নমক মায়োক ল্লাগনি হায়বসি মাংলম-চৎকি চিংউ (ফাখিবা) শিংনা হান্নন খংদোকপিরমলে। মমা-মপা লৈত্রবা অঙাংনা য়ুমলীংবগুমনা য়াম্না ব্রানা লৈহৌরগনি হায়বসি হনুখিনা তেংথাবা অসিমকতনা তাকলি। খুদমদি ঃ— উচেক ভেনব্রা অমনা মিরোন্দি ঙাংথোকলগা, মশানা ঙাংথোকখিবা মরোন অদু মশা মতোমতমা খংবদি ঙমজদে মতৌ অস্নুম্না পাব থোকলবস্নু; হায়বা হৈরবস্নু মনুংগী ব্রাফং অমস্নুং ইচেনবুদি খংবা ঙমলোয়দবা অদুবু ঙমউ পুময়োৎ য়োৎশনব্রা কৌই। অতোপ্পা খুদম অমনা ঃ—নুপী খুদিংমক ইমাগী মতৌগুম্না লোইনৌ হায়বা লাইরিক কয়ানা তাকলি। লাইরিক অদুবু পারুরগা তায়োন্নদুনা লাইরিক তম্না চংলিবি ছাত্রি অমদা ইমা কবোক চাগে পৈশা পিয়ু হায়দুনা ছ ে ত.দুগী ফিজি পাইদুনা নিঙাই তৌরুর-বদি মহাক অদু ভাইবংপাল শেবাৎনবনি। মতৌঅস্নুম্না ঐহাক ইশান ইশাবু পল্ডিতনি হায়না খঙ্গ্রিবা মীওই পুন্নমক ঙমউ পুময়োং য়োৎশনবা হায়না কৌই।

4978 | Man



নৈনবা ৱারোন

মতৌ অস্‌মনা পুয়াগী ইচেনব্‌ তোঙানবা নশিংখোং থৈদোক্তুনা পংঙাং ঙাংবা, পংই ইবা' ঐগুম্বা শেবাংনবা পণ্ডিত অদুব্‌ শেন্দাং পণ্ডিত কৌই। ঐগুম্বা শেন্দাং পণ্ডিতশিংগী মফমদা নৌহৌনা পাওদমজরি "সনা য়োংপি, চগুপ চগাই, কৈথেলদগী উকুনা কু! কু! খোংলনি, শগোল চেনশে লানজেনসে।" অতোপ্পা মথং ৱাহৈশিংদনা "লুবাক মখুম হাংদরি তমং কুশা মরোন খোক্তরি অঙাং নচিন থিগনু।"

ৱাহনদোক (মথক্কী পুয়াগী পাওরৌ অসিগী)

সনা=হায়বদি নাদ ম্মাল্লিবা ঙকশমদা শিরিবা সনা হায়বা থাতু অদুব্‌ নত্তে। খা-ৱাং; নোংপোক-নোংচুপ, মফম খুদিংমক্তা শনদোক্লা=সন্না লৈথ্রবা অদুব্‌ সনা হায়বনি। য়োংপি=হায়বদি অচুম্বব্‌ খংদবা অরানবস্‌ খংদবা, মপানথোংগী কুয়োম মকুশিংব্‌ পুময়োম য়োং-শনবা কাংব্‌ কুয়োম (অরানবা ৱাফম) য়োংশল্লগা ঙাংখোরকপা, ইথোরকপা কাংল্লুপ মথৈব্‌ য়োংপি হায়বা য়োংনা শাবা শৌ, তিংখং অদুগস্‌ চাংদমনরি। চগুপ চগাই=হায়বদি চোই চাং মশিং থিঙমদনা ফং-দোক্লা লৈরিবা, পুনশনবা তৌদ্রবা, অয়েংপা অথিংবা লৈরিবা পুম্মক অদুব্‌নি। কৈথেল=হায়বদি হৌরকফম খংদনা তিল্লরিবা মীয়াম অদুবু কদাইদগীনো অমদি

ত.মনা অমবু শকথংনবসু নত্তবা থংনবগী মক্তোংদা ঙাংনরি, ৱারি শারি, য়েংনরি অদুগা তিল্লিবা মীরাম অদুনা কদায়দবু হনগদৌরিবনো তশেংনা হৌরকফম, থুংফম হায়বসু ঙম্মদে। অসুম্না পনথুংফম থংদবা, হৌরকফম থংদবা চোইজাইনবা ৱাথল্লোল শাগৎলিবা মীওই কাংলুপশিং অদুবু কৈথেলগা চাংদমনরি। উকু =হায়বদি হোক্রোং হোবা, মরু অমদি মতোন মফম থংদ্রবা মবুক, মতোং য়াওদ্রবা, ইহাম হামলবা, কুরাং-বানগা লোইনবা পোৎশক থরদং অদুবু উকু কৌই। কৈথেলদগী উকুনা=হায়বদি হোদ্রোং হোবা ইহাম হাম্বা মরু অমদি মচি য়াওদবা পনথুংফম য়াওদনা ঙাংথোকপা অমদি ইথোরকপা, অদুগুম্না মীশক অদুবু কৈথেলগী উকু হায়না মিংগৌরি। অহানবগী "কু" অসিনা তাকপদি; মী অশিববু থমনবা উপু অদুগী মহুৎ শিন-গনি। অংকানবগী "কু" অসিদা মতোমতা শিজ্জরগে হায়দুনা লাং থাবচবা হায়বদি মিংচৎ থিহনবা হোৎন-রিবা অদুবু তাশলি। কু কু=মী মহাক অদুনা অরানবা ৱাফমবু অচুমবা শানা ঙাংথোকইবা, ইথোক-ইবা অদুমক্তনা মশাগী মিংচৎ থিহন্নবগী মরম ওইরকপা অদুবু কু! কু! কৌই। খোংলনি=মশা মশান চোংথোকচরকখিনি অমদি শাক্লোংলকখিনি হায়বনি। শাগোল=শমু হকচাংবু শাথোরিবা; য়াইবি থৌৱাই হকচাংগী মনুংদা লৈরিবা মিৱেন হনবা, লোইনবা মহাকপু তাকলি। অমদি শা (হকচাং); কোল হায়বদি থাদোকনবা তৌদনা কোনশন্দুনা লৈরিবা হিংহল্লিবা

মহাকপু তাকলি। চেনশে লালজেনসে = হায়নিংবা পুম্নমক হায়জশনু তৌনিংবা পুম্নমক তৌজশনু, হায়রিবা অমদি তৌরিবা পুম্নমক অদু মপানথোংগী কন্নাংবান্দা য়োমশনবা অমদি তৈশনবা ঙাক্তনি। মনুংগী ওইবা ধর্ম্মগী ইচেনদি হকচাং অমদি থৌরাইগা লোইননা লেংদনা অদুমমক মরেরি। অদুনা অদুগুম্বা মচি য়াওদ্রবা মরেক মহাও য়াওদ্রবা ৱাঙাং অদুদগী থাগতোক্লা লৈশি হায়বনি।

লূবাক ... .... কন্শা মরোন থোকতরি। লুবাক= হায়বদি নুংবুম ৱাখনগী ইরোননুংদা থনথরগা পাক্লা চাওনা মকা ফন্না ফজরম্বা লিকলম মিথুনগী ৱাফম-শিংবু অমদি কাংথুনশিংগী ৱারোনবু ফংলকপা অরাবা ফজবা পুম্নমকপু থমনবা মফম অদুবু লুবাক কৌই। মগ্নুম হাংদরি=হাইবদি থম্নব নৈনবা তৌদরি। ভাব তান্নদবা মওংদা লৈবা মতম ওইরিঙে। তমং কন্শা মরোন থোকতরি=চিংউগী মতিক চেন্নবা, থম্মোই লাইমিৎ পানবা মীওই থোকলকতরি। তমং=তাইবং ওইবা ঐখোয়না কন্শা -পুকনিং, ৱাখল, লৌশিং, থম্মোই হায়রিবা পোংচং মরি অসিবু মপুনা থৌজাল মলকন্-বিদুনা শাফোংলকপা মীওই। মরোন থোকতরি= পাওজেল লাকতরি অমদি ফোংদোরকতরি। অঙাং নচিন থিগনু=থংবদি তৌদনা অথংবা শাদুনা ঙাংগনু।

---

পন্দুপ ১১

হনুবিনা তেংথারবগী মতুংদা য়োংয়াম লাকলে। য়োংয়াম অদুনা ইবেন করি তৌরে পাওহংলে। হনুবিনা পাওশারি (খুমলকই) ইশুশা নপু শিরে।

চাংদমনবা ৱাহন্দোক

তেংথাবা=মতমগী খোংলৈনা চোংথোরকলো, চোং-থোরকলো হায়দুনা লাওরকপা মতম অদুবু তেংথাবা কৌই। নপু শিরে=পোকলেন পোকপা, শাংলেন শাংপা মহাকপু থংদবগুম অকাওবগী লৈরোন চনদুনা লৈখ্রে।

---

পন্দুপ ১২

মী শিরবনিনা পোংলোইনবগী থৌরম পাংথোক্লবা য়োংয়াম অদুনা হনুবনা লৈরিবা ক, অদুবু থাংদোকনবা হোৎনরুরে। তাঞ্জা ফংলে খংলদুনা, হনুবা অদুনা য়োংখোক অদুনা য়োংয়ামগী মকোক অদু তোপ তোপ প্লপাইদুনা য়োংয়াম হাৎতোকলে।

চাংদমনবা ৱাহনদোক

য়োংয়ামগী সত্তা=ব্রহ্ম সত্তা হায়না কৌবা অমা য়াম্না চংখোম্ন লৈবাক অসিদা মপুং মরৈ ফানা মরা ত্তারম্মি। অদুনা খুন্নাই অসিবু, শিগ্রব, লাইরমলেনগী ৱাফম করিমত্তা খংদ্রবদোৗনা অশেং অমাংগী অকনবা চৈথেং পিরম্মি। মীয়াম প্রাজাশিংবু, ওৎ নৈরম্মি। অদুগুম্না থৌদোকশিং অদুবু য়োংয়াম্না কু থাংদোক্তুনা পোংলোইনবা থৌরাং তৌবা কৌই। কু থাংদোকপা= পংথরুরে শিথরুরে খংলবা মীয়ামদা নাস্তিক (ঈশ্বরবু মশক খংদবা) মখোইনা অস্তিক (ঈশ্বরবু থাজবা মী-ওইশিং) বু মথক মখা ওনথোকতুনা লাকথু খিববু "কু থাংদোকপা" কৌই। য়োংখোক অদুনা য়োংয়ামগী মকোক থুগাইদুনা হাংতোকপ = ধর্ম্মগী মচি ওইবা পুমনমক য়োৎশল্লগা ভাংথোরকপা ৱাভাং অদুনা য়োং-য়ামগী মনাকোংদা লানশিনখিবা অমদি অচুম্নগী মমাংদ অরানবনা খাংবা ভমদবা, অমনা অমবু চৈনবা অদুবু য়োংখোক লান কৌই। শাবুক ভাবুক (হিংশা বদি) ওইবা মন্নোংদা তখেল্লমবম ওঝা খোকুল মীতৈ পুন্নমবা সুরচান্দ; ইবোমচা অমদি মতম অদুগী মীতৈ মরূপ (মৈতৈ নত্তে) শিং অদুগা পুরোহিৎ (পুরিৎ) শিং অদুগা লৌজনাম ওইজনাম অমদি অশেং অমাংগী য়োৎহিং ফলাং অদুবু ককথংনবা, ফোইদৎনবা হোৎনখিবা পুম্নমক অদুবু য়োংখোক লাল হায়না শৈথারি। মতম অদুগী অশেংবা

খুৎলাইদি মীরাক মীথুমনবা নমজা নমথকনবনচিংবা, অসিনা মরু ওইবা খুৎলাইনি। ধর্ম্মগী নামাদ (মমিংদ) মীওইবব, মীওইবনা তুহৎপা অসি মমি শাম্মত্রে। কান্নবা পুমনমক অসি ম্মোৎখোক লানগী মহৈনি অমদি ইংনা লৈতানা হিংজবা ওমলে হায়নিংই।

নৈনবা ব্লারোন

শ্রীমদ্ভগবদ গীতা ৪ শুবা অধ্যাই, ৭ অমসুং ৮ শুবা শ্লোক

যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত অভ্যুৎথানম ধর্ম্মস্য তদা অত্মনং সৃজাম্যহম পবিত্রণায় সাধুনাং বিনাশয় চ দুস্কৃতাম ধর্ম্মসং স্থাপনার্থয় সম্ভবামি য়ুগে য়ুগে ॥

আর্থ

ধর্ম্মনা লৈথা তারকলবদা অধর্ম্মনা চাং হেনগৎলকলবদা (অনৈবনা ময়াইদা চেল্লকলবা, অক্লবনা মতাইদা চেল্লকলবা) মতম্মদা ধর্ম্ম অনুবু, কম্নবা মতিক ময়াই হাপলবা মীওই কম্মা লাংওন শাইওন (অবতার) তৌদুনা ঈশ্বরনা শেমগৎলি। পুম্নাগী মরোম্দা হায়বা

তারগনা "নংস্ন থোকণ্ডমলো ঐস্ন মথোকলক্কে; নং-ঐ থংনসি; নংনদি ঐব্ন থংলরোই, ঐনদি নংব্ন থংগনি।
(শ্রীমৎ স্বামি ব্রহ্মানন্দজী)

জৈয়দেব কবিগী দস্ম অবতারগী ১০ শুবা শ্লোক-তনা অস্ন্মা হায়রি।

ম্লেষনিবহনিধনে কলয়সি করবালম ধূম কেতু মিব কিমপি করালম॥ কেশব ধৃত কলিক শরির জয় জগদিশ হরে॥

অর্থ

হনদক্কি কল্কি ভগবান অসিনা থাং পাইরদুনা য়ানথেকলগদৌরিবা মলেম (ম্লেষনি) হায়বসি ক্চু ঙৌবা সাহেবশিংব্ন ঙাক্তা ওইরোই। মীনম থৌরাল লাং থাকপা, ধর্ম্মদা নাশিথোং থৈদোকলিবশিং অসিন্ন ম্লেষনি হায়জরি।

মলেম্বশিং অসিনা হিংচাবগী শকলোন্দা ঈ থকতুন পাল্লিবশিংব্ননি নিংজৈ। কল্কি ভগবানগী থাং— হায়বদি মীওইবগী লৈম্নেং অসিব্ন থাং হায়না শৈথারি।

---

পন্দুপ ১৩

য়োংম্নাম পুম্নমক হাংতোকখ্রবস্, য়োংনাও অমদি চিং চিং লিংথোকতুনা চেনথরে।

চাংদম্নবা ৱাহন্দোক

য়োংনাও=হায়বদি তশেংনা মাইরোং য়াদুনা খল্লনৈনসি হায়বদি য়াদবা মীচেন ওইবা অদুগা নাকোইননা লম্মন শিংনিংবগী ৱাথনদা ওমচাকনদুনা লৈবা অচেংবা য়েংদুনা লাকথুগ্নদবগী থৌরাং [তৌবা খুদম ওইনা স্যাহিত্য পরিষৎ; গীতা মণ্ডল, ইসকোন (International Krishna concessness) অসিনচিংবা কাংলুপশিং অসিবু, য়োংনাও হায়না পাওলৌ লিরৌ তৌনা থমবিরমমী।

মতাং অসিগী নৈনবা ৱারোল:—

লাইরিক অসিনা অচংবা মীওইশিংবু, হল্লানলে অমদি মী চৈরে হায়না ক্রুজ্, শংদ য়াওনবা মকেম কাত্তা ৱাভাংবা মীওইশিংনা তাকপি। শ্রীমভগবদ গীতাগী ১৮ শুবা অধ্যাই; ৪৭ শুবা শ্লোকতা অস্মনা হায়রি—"শ্রেয়ান স্বধর্ম্মো বিগুনঃ পরধর্ম্মাৎ স্বানুষ্ঠিতাৎ স্বভানিয়তং কর্ম্ম কুর্ব্বন্নাপ্নোতি কিল্বিষম্"

অর্থ

মহাক মহাক্রা গোকল্লুরিবা কাংলুপ (জাতি) অদুগী ধর্ম্ম অদুমক চৎপগা অতোপ্পা জাতিশিংনা হেন্ন ফজবা মী পুন্নমকনস্, অথোইবনি হায়দুনা শৈথারবা ধর্ম্ম অদুগা; অনি অসিগী মরক্তগী মশা অদুনা গোকলকপদা লৈরমলিবা মশাগী ধর্ম্ম (মজাতি ধর্ম্ম) অদুমক চংক-দবনি হায়না তাকলি। অসিগুম্বা থোইগুমনরবা মচি ওইরবা ভগবানগী বাক্য (বাইগ=য়াঙাং) অসিবু হুল্লানবা ঐহাক ওমজদে। অচাওরম পামজবা (রাজ গুন) না গুদুম চল্লবা মীওইশিংনা মৎ অচাওরম (নাপল) কা-খিদুনা হিংশা বাদি ওইরবা অমদি "অহিংসা পরম ধর্ম্ম'ম" হায়বা অসিগী ওন্ন তৈনবদা লৈরবা; য়ু থকতুনা ভাওরবা মীওইশিংনা পুংচৈদ চৈবগী মরোংদা পণ্ডিতকি মগুনদি য়াওদ্রবা অনুভব শক্তি (থম্মোই লাইমিৎ) পাং-দ্রিবা মীওই কাংলুপশিং অদুবু, য়োংনাওগী মনুং চন্না লে। লাইরিক অসিনা তশেংনা মীবু, চৈদদি নংচদে, লৈরম্না অদু চুমনগী অর্থ তৌজবতনি।

অরিবা রাফমবু, মৌহৌনা নিংশিংহনবা রারোলবু, সংস্কৃত মরোনদা গীতা হায়না কৌই। মরম অদুনা মৈতেগী গীতাদনা অস্ু়ম্না হায়রি ঃ—

সে, সে, সেবোংতি
লাইশ্রম মচা ভোবোন্নি;
নংগা ঐগা কাওনসি
কনানা হেনবগে তান্নসি
স্বরা !

চাংদমনবা য়াহনদোক

সে সে=ঐহাক্কী লৈজরিবা পুয়াগী ইচেন পুম্নমক অমদি নংহাক্কী লৈরিবা কামাতুর (অকাম অপেৎ) তা য়ুমফম ওইবা পুরানিক্কী ( য়ারী লাইরিক্কী ) মচাক পুম্নমক অদুবু পংখৈ অনি থোকনা খাইদোকতুনা তাকলি। সেবোংতি=পুথোকলবা লাইরিককী পংখৈ অদুগী মনুংগী ইচেনশিং অদুবু থিন্দুনা তাকপা অদুবু সেবোংতি কৌই। লাইশ্রম মচা=মশানা মশাবু অন্নাংবা থাক অমদা, ঈশ্বরগী হেক ভমথংদা লৈরবনি; অতৈ পুমনমকতি অস্দ (অমাংবনি) থঙ্জরিবা, মপোক লাংওন খুদিংদা পুন্য কয়া তৌরকতুনা বৈষ্ণব ওইবা ফংজরবনি, অমদি লাইমককা শমনরবনি খনজরিব মীওই কয়াশিং অদুবু, সংস্কৃত মরোনদা পওকা অদুগা মৈতৈ মরোনদনা পংকোৎ হায়না থংনরিবা ত.দুবু, লাইশ্রম মচা কৌই। ল্যাইশ্রম হায়বা য়ুমনাক ত.দুর্দি নত্তে। ভুরোন্নি= হায়বদি শমপ্রদায় তিপ্পবা মখোই মশেনগী মিংগৌ

কৌনবা মতমদা অমনা অমব, "ভক্ত" হায়না কৌনবা নত্রগা মহন্তাস্, কৌনবা অদুগুম্না মিংগৌ অদুব, ভক্তনি =ভক্তনি নত্রগা ভুবোম্নি হায়বনি। নংগা ঐগা কাওনসি=ঈশ্বরব, নং হায়না মরুম তাকপা ধর্ম্ম; মীওইরব, মীওইবশিংনা নিংবা ধর্ম্ম। ঈশ্বরব, মীওইবগা হেন্না লাপথোকহন্নবগী ধর্ম্ম অসিগুম্না মখনগী ধর্ম্ম অদুব, নংগী ধর্ম্ম কৌই। ঐগী ধর্ম্ম হায়বদি=ইশামক্তদা শাগোম্নদুন নৈরিবা য়াইবি থব্রাই (জিবা অত্মা) দগী হৌরদুনা য়াইবি থব্রাইগী হৌরকফম, অমদি থোরকফম ওইরিবা য়াইবিরেল শিদ্রবা (পর অত্মা) গী মফমদা চংজখিনবগী ধর্ম্ম অদুব, ঐগী ধর্ম্ম কৌই। পর অত্মা হায়বদি মপু (ঈশ্বর) ব, খংনগনি। নং ও:স, ঐ হায়রিবা ধর্ম্ম অনি অসিগী মনুংগী ওইবা ধর্ম্মগী ইচেন অমদি ইরু পুম্নমক অদুব, চাংদমনসি অমদি খন্নসি হায়বা অদুব, "কাওনসি" হায়না পাওরো লিরো (পাখোং) অসিব, থমবিরমমী। বনানা হেনবগে তান্নসি =তাথোক তাশিন তৌনদুনা অমদি খল্ল নৈনদুনা ফজবা অমৃত (অথুমম্বাগী) মশক ওইরবা পোৎশক, মচি অদুব, পুথোকশি হায়বনি। স্বব্রা=হায়বদি লিকলম লিকখুন অনি অসিগী লমজেন থাবা হৌখ্রবনি। ঐখোয়না ভাব তাদদুনা পুয়াগী ইচেনব, মহাও য়েংলুদবনি। পুয়াগী কাংখুন লিখুনব, চাংয়েং অদুক্তংদি তৌবিয়ু।

— ———

পন্দুপ ১৪

য়োংনাও অদুনা য়োংজাও খুল্লাকপগী মফমদা য়োংল্লাম হাংতোকলে হায়না পাংন্দমল্লরে।

চাংদমনবা ৱাহনদোক

য়োংজাও=ৱাথনদি তৌরুদনা সহরগী ফজরবা ফুরা দলান কয়াবু, য়েংল্লুরগা মহুমগী মমা লুপ্লাম্বি য়ুম শেগাইবদা লৈরিবা অদুদা শেগাইরবা য়ুম অদু ফুরা দলান ওনথোকত্রিবা করিগীনো হায়দুনা মমা লুখ্রাবিগী মথবাক্তা তিংখৎতুনা কাউশিনবগী মরোংনা মৈতৈ হিন্দুশিংনা মৈতৈ ধর্ম শাফোংজরকলবা মীওইশিংদা লকনবগী মরোংদা করেম কথাইনরিবা, নোকথেম ৱা ভাংলিবা, মীয়াম তিননরকলবা কানদা নাকোইননা খোংগোইনবগী ৱাফম হৌদোরকলিবা, গৌড় ধর্মবু মাংথ্রগনি হায়বগী থনুংদা মিপাইবা পোকলিবা, গৌড় ধর্মনা মীশিং য়াম্না হেল্লি হায়বগী মরোংদা নাপল ফাউজরিবা, মাংলমচৎকী মতমদা য়োংশিংনা থমমাই-শনবদগী গৌড় ধর্মদা মশামক লৈরিবনি হায়বা অচুম্বা ৱাফম অসিবু, মনাকোং ওইনা তারগনা য়েৎলোম থংবা মনাকোংদা ফাওদোকতুনা হেক্তা চংখিবা, অমদি গৌড় ধর্মগী ময়াকনা মশাগী পুকনিং ৱাখল, লৌশিং থম্মোই পুম্নমকপু খুদুম চনথ্রবা লাইয়ুংথ্রবা মীওই কাংলুপশিং অদুবু,সু, য়োংজাও কৌবা য়াই। য়োংজাও খুল্লাকপা=

হায়বদি অদুগুম্না য়োংজাও অদুনা লৈরিবা লৈকাই খুঙ্গং অদুদা মৈতে থগ্ম'গী ইফুৎ ফাউরকপা থোকলবদি, ইফুৎ অদু মেনশীল্লবা মথৌমক ওইনা খুঙ্গা থুংনা পাউজেন্দুনা মৈতে অদুবু, লাকথুনবা নমথনবা হোংনরিবা অদুবু, য়োংজাও খুল্লাকপা কৌই। য়োংজাও খুল্লাকপনা মরু অমদি মরা লৈতানা লৈকাই খুদিংদা লৈরি হায়না পাউদমজরি।

---

পন্দুপ ১৫

অশোমদা হনুবা হনুবী অনিমক্না য়োংজাও খুল্লাকপগী মফমদা য়োংনাওনা পাউদমখ্রে। অদুনা য়োংজাও খুল্লাকপগী লাল লাকলগনি হায়দুনা লোৎনবা থৌরাং তৌখ্রে।

চাংদমনবা ব্রাহনদোক

থা, ব্রাং, নোংপোক, নোংচুপ মফম পুম্নমক্তা লৈরিবা মীতৈ/মৈতৈ খুদিংমক্না শকখং মাইথংনরকতুনা অমনা অমবু, থৌদোক ব্রাথোক (দেব কর্ম) পুম্নমকপু

পাউদমনদুনা চুংশন্নরকপা অমদি অমনা অমবু, মতেং পাংনরকপা মতম অসিবু, হনুবা হনুবি অনিনা য়োং-জাওগী লাল লাকলগনি থংদুনা লোংনবা থৌৱাং তৌবা হায়না থংনগনি।

———

পন্দুপ ১৬

হনুবা হনুবি অনি অদুনা লৈরীবা ঈংখোলগী চিদাই ৱাংম অমদা হৌবা ৱা পাম্বী অমগী মতোন্দা লি অমা থরাক থরাক য়ামথরে লি অদুগী মতোন্দা অচৌবা থরুং অমগী মনুংদা হনুবা হনুবি অনি অদু লোৎখরে।

চাংদমনবা ৱাহনদোক

ৱা—হায়বদি লৈয়েংনা চিন্নান অসিদা খৎলগা ইৱাই ইনিল কয়া পুথোরকই, অদুগুম্না খোঙেনশিং অদুবু অতোপ্পা মীশিংনা তারগা থংবা ঙমনবা চিনবানগী ৱাংমদা থোরকলবা ঙাংথোরকপা ৱাঙাং অদুবু "ৱা পাম্বি" হায়না কৌই। লি—হায়বদি অদুগুম্না ৱাঙাং-শিং অদুগী মনুংদগী পুক্লিংদা লিশিন্দুনা থমগদবা

পাওতাক, পাওমেন পাওরৌ খিবিক অদুবু "লি য়ানথবা" হায়না কৌই। থরুং=হায়বদি মীয়াম্না খংনরিবা পাওরৌগী মশক ওইরবা ৱাহৈ (উচি চি চি খাংমৈতৎ থরুং মপান খোঁপাবা শেনদাং (শনতাইনবা) লাকই ফরং) হায়রিবা মথনগী থরুং অসিনি। লৈবাক্তা শাবা অচৌবা অদুত খংনরোই।

মথক্কী ৱাহৈ পরেং অসিগী ৱাহনদোক

উচি=হায়বদি ৱাখনগী মিংয়েং মকা লামদব মশা মতোমতগী খুবাককী খুদোমবিনা মমাই অদুবু খনজল্লে হায়রগা, মশাগী খুদোমবিনা অৱাংবা চিংদগীসু হেন্না ৱাংই হায়না মশান খনজবা মীওই কাংলুপশিং অদুবু উচি হায়না কৌই। চি-চি হায়বদি মথং মথং চিথরকপা ৱাখনগী মিংয়েং পরেং অদুবু চি-চি হায়না কৌই। খাংমৈতৎ=খংবা অমদি উবগী মিৎয়েং তেনবা অহৌবা অমদি ময়াই ফাওবদি খংবা; ময়াইদগী মতোল ফাওবদি খংদ্রবা, তানা তানা তাদ্রবা, লৌশিনবা ঙমদ্রবা অদুগুম্বা মীশক অদুবু খংবগী মমৈ তৎলবা, খাংমৈতৎ কৌই। থরুং=হায়বদি মী মহাক অদুনা খংবগী মরমদা মরুং থারবা, উনপি পুক্লিং শেংবা য়াথং ৱাচুম শুবা, থৱাই চংখোনবা, উহৈ পানবা উপালনা মরু লুকথবগুম, অয়িংবা থৌজান হৈবা, মোং হাদবা, ইনুংলোন খমনুংগী ৱাফম (নোঙ্গাবগী ৱাফম নত্তে)

অময়লোন ( Philosophy ) নুঙখং পরৈগা ইরোইনবা খুননুংল্লোল (সমাজগী ওইবা মপানথোংগী ৱারী) অনি-মকপু তুনা মমুৎ তানা খংলিবা মীশক অদুবু খরুং হায়না লৌগনি। মপাল খৌশাবা=মহাক মদুনা ভাং-থোরকলিবা ৱাঙাং অদুবু অচুমবরা/অরানবরা খঙ্গসি হায়রবসু নাথেদুনা মরৈবা, চাহনা লোৎখ্রবরা হায়বসু তমনা-লাই শাদুনা মচি মচি খুদিংদা য়ুমফম য়াওপ্রবা অরানবা ৱাফমবু অচুম্বা শাদুনা শাফোংবা; লৈবাক মীয়ামগী পুয়াদা মবুকথোক ময়াথোক হাপচনবা; লৈরমলিবা ৱাহৈ কয়াবুসু মাংহনবা; অরুবা ৱাফম অমবু খন্ন নৈনরিঙেদা, মীরৈহং তৌদুনা, অতোপ্পা ৱাফম থাংজনলকতুনা ঙমনবা চেক্তা হোৎনবা, মশাগী মিংচৎ য়াম্না পামবা; লৈবাক্তা শকখংলবা অফাওবা ওইনিংবা, য়েংথৌ (য়েংপনা মরম ওইবা ৱাখল্লোল শাগৎপা) থৌ= থবক থৌরম পুম্নদা, মপাল=চিনবানদগী মপান থোরক-লবা ৱাঙাংশিং, য়েংথৌ মপানবু ফজখ্রবা লৈরাং মখন অমনি হায়দুনা, অরোইবা অখন্না লৈতনা মঙাংবা অদুগা তারীবা মী (ভাবোক) শিং অদুনদি খোইদৌদা ভাশোন্না খিনবগী মরোংদা, খোইদৌ শাংগৎহনবা, অদুগুম্না তাইবংপান শেবাৎনবা, মালং খোংগাওনরবা, তমং তাইবং তায়োম্নবশিং অদুন অচুম, শানা ঙাংথোরকপা ৱাঙাংশিং অদুবু খৌশাবা কৌই। শেনদাং (শনতাইনবা) =মরিক চুম্না, মচা খাইনা, ময়েক শেংনা, ইনুংলোন অমদি খুননুংলোনবু অনি থোকনা তাকলিবা অমদি

তমবিবা ওন্না মীশক, অরান খুবম (মোর=Enlighten) ফংলবা মীওই অদুবু ময়েক শেংনা তাকপা শেন্দাং (সন্তাইনব) হায়না খংনগনি। ফরং=উন (ঈশিং ফমজনবা) হায়বা অদুনা মুংশাগী মঙান্দা মাংখিবগুম, পাইথোকতুনা মাংখিবা অদুগুম্না মাংখিবা অদুবু "ফরং" হায়না কৌই।

---

পান্দুপ ১৭

য়োংজাও খুল্লাকপা অদুনা হনুবা হনুবি অনিমক্কা ইলেরিবা ময়ুম অদুদা লাল লাকলে।

চাংদমনবা ৱাহনদোক

মীরৈহং=খদ্রক তৌবা, নমথাক তৌবা, তাং তৌবা, তাং লোংপা, তাংনিং তামাং ওন্নবা=ওইদবা ৱাফম অমবু ঙাংথোকলুরে হায়রগা; ওইদবা অদুবু অচুম শানব হোংনবদা অরানবা ৱারেং কয়া শাগংপা অদুবু,সু খোৌশাবগী মনুং চনগনি।

শনথক, হুইথক, কাকয়েন খুজিন অমদি তিনলাইথোম-বিনচিংবা শোক্লা শমনবদা কয়া নুংঙাইতবা পোৎশক-শিংগী শকলোন লৌরদুনা, নহারোলশিংনা অয়েৎপা অথিংবা পীশিল্লি। অসুম্না অয়েৎপা অথিংবা পিরিবা নহারোলশিংবু মাংহনখিনবা যেংনা অমদি নাকোইননা শিল্লিবা পণ্ডিতশিংগী থৌশিল্ল পুম্নমক অদুবু য়োংজাও থুল্লাকপগী লাল হায়না কৌই।

মতাং অসিগী নৈনবা ৱারোন

পুৱাগী মরোনদা অসুমনা হায়রি "লমবিদা উঙাম চেন্নবি" অমদি "চিংঙা পাইরনি" অসিনচিংবা কয়ামুক শৈথারি। অমন অহা চুরবা তাইয়োন্নরবা কবি, পুরিং অমদি পণ্ডিতশিংগী থৌরম অদুবুদি থোইদোক হেন্দোক্লা হৈশিংলবা থবক ঙমবা কয়া উরকলগনি হায়বা অদুবু "উঙাম" হায়না শৈথারি। উ=উরকলগনি; ঙাম=হায়বদি ৱা ঙমবা, থৌ থবক ঙমবা। লমবি=হায়বদি লৈরক কোনশাং মফম পুমনমক্তা; চেনবা=হায়বদি চৎথোক চংশিন তৌবা। "চিংঙা পাইরনি"=হায়বদি নিংথৌগী চৈঙাকনা অথিংবা পিরম্না পুমনমক মাংহল্লগনি। অতোপ্পা ৱাহৈদনা মনিং ঙমনা থম্ন নৈনবা য়ারক-খিগনি হায়বনি।

———

সচিদ্দানন্দন হরে কৃসনা (কৃষ্ণ) অমদি গোবিণ্ড হায়দুনা ওহাক লৈতনা চুপ্লোই ওইবা অদুগা মবুক মনুংদনা ফত্রবা হু পুম্নমক ফুমজল্লগা; লৌজনাম ওইজনাম কয়াগী লাং থাকচনবা, মহাক মশাগীদমক্তদি কাঙ্গুব তোংজবা ওইবা অদুগা মহাক অদুগা ভাংন শানরিব মীশক অদুগী মফমদদি মাংজবা ওইবা; খোইচাক ফজনা তোপশল্লবা খোইজিন্দ (ভা ফানবা খোইগী মতোন্দা শৌ হাপ্পা) অদুম্না হু চেনব থবক থৌরম পুম্নমক ধর্ম্মগী নামাদা নুপিশিংদ নমদুনা অবের তৈশনবা; য়ানিংদবা মীশিংগী ময়ুমদা নাক্কথেংবগী পৈশা থাইরুবা, য়াওশংগী অবের অমদি অবের মছি য়াম্না মশাগী ফুরিৎ ফৈজোমদা চুহল্লগা; মশাদ ঈ য়াম্না তৈরবা লংজা (শা চাবা উচেক) শিংনা ময়াই কাখি-দুনা তোংশা শেৎপগুম, য়ানিংদবা ইমুংশিংদগী নাম অকনবা, নাম অয়াকপা, খংগ্রেক খংবা নাম, কয়া কয়া পুথোকলগা, মীগী ইমুং অদুগী শেম্ফ্গী পৈশা থুমগাইগনি খল্লিবা মীওই কাংলুপশিং, মশানা য়ানিংদবা ইমুংশিংদা কাং চিংবগী পাল্লি নমদুনা পুহনবা, কনাগুম্না ইশৈ শকপশিংনা শোরাং শকপা মতমদা য়ুম্ন্ অদুগী লৈহৌরিবা অভাংশিং অদুগী লাইর অনংগী ব্রাখলোন খনবিবগী মহুত্তা পৈশাগী মিকাবা ফাওরিবা, অসিগুম্না মথনগী প্রেম দণ্ডি পুম্নমক; খোইরাং খোইশাওনহনবা (ওশান্তি=ব্রাখন চনিং লৈতাহনদবা) থৌরম পুম্নমক, নিল খোংবদা তানিংদ্রবা মীশক অমব্ নমদুনা নাম তাহল্লবা হোৎনরিবশিং, দুর্গা পুজা মতমদনা নাম লল্লোনবা

অসিনস্ন মদোমদে। ঙমদগী হেনবা ব্রাফম খুদম চাং-দম (প্রমান) কয়ামুক লৈরি অসিগুম্বা মথনগী মীচং (Charactor) অসিবু য়োংজাও খুম্নাকপগী লাল হায়না খংনগনি।

বৃন্দাবন চংপগী লম্লোনবশিংনা বৃন্দাবন চংনবগী থোইথুমনরবা ব্রাহৈনা মী থোম্বা; অসিসু য়োংজাওগী লাল মথন অমনি।

"পুয়ানা নুং তাওরনি, মোইথাপ লুপকনি হায়দবরা"

পুয়া=পু=পুরেন অদুদগী মথাদা মচা মশুশিং য়াম্মা লৈরবা।
য়া=অদুগুম্বা পুশিং অদুনা ব্রান্নখ্রবা ব্রাম্লোনশিং (decision). নুং=ব্রাথনগী ইরোননুংদগী অচুম্বা (truth) মশক খংলকপা realisation. তাওরনি=থোকললকখি-গনি। মোইথাপ=ওইদরা ব্রাফমবু মোইথেম তৌদুনা থাজহনবা। লুপখিনি=ইয়োননুংদ ইরুপখিবগুম মাংখ্র-গনি। হায়দবরা=ইপানা ব্রাখন তৌরগা ফংলকপা লৌশিং অদুবু নিংশিংউ হায়বনি।

পন্দুপ ১৮

য়ুম অদুগী ইমুং মনুং শগাই, য়েন্নাখ্বানচিংবদা হনুবা হনুবি অনিমকপু হাৎকদবগী কোইথি থিখরে।

চাংদমনবা ৱাহনদোক

মশানা মশাবু নাস্তিক (ঈশ্বরবু মশক থংদবা অমদি থাজদবা) মীওইনি হায়বসি মশানা খংজদে। মশামক বর্ণশঙ্কর ওইরবনি হায়বসি মশানা ৱাখন তৌজরুদে। ৱামায়ন অমদি মহাভারতকি ৱারি কয়ারক হন্না তাজরবসু মশামক ৱাবন অমদি দুর্যোধননি হায়বসি মশানা য়াবা ঙমদে। কনাগুম্বনা বর্ণশঙ্কর ওল্লে হায়না নিংশিংলুবা থোকলবদি, নিংশিংলুরিবা মীশক অদুদা য়েক্রুবগী মন্নোংদা লৌই। অসিগুম্বা বর্ণশঙ্কর ওইরবা (মমা মপাগী মফম তাকপা অমদি থিফম থংদ্রবা মীশক) মীওইশিং অসিনা অস্তিক (ঈশ্বরবু থাজবা) মীওইশিংদা মথক মথা ওনথোকতুনা নাস্তিক (ঈশ্বরবু মশক থংদবা হায়না মৈতৈশিংগী মফমদা মপুকনিংনা খনজরিবা অমদি নোকচরিবা অসিবু য়োংজাঙনা হনুবা হনুবি হাৎকদবগী কোইথি থিবা হায়না চাংদমনবা য়াই।

———

পন্দুপ ১৯

য়োংজাও খুল্লাকপনা হনুবা হনুবি অনি অদু থিবা ফংলকত্রবা তাঙ্গা অদুদা থরুংগী মনুংদা লোৎতুনা লৈরিবা হনুবি অদু থাংবা ঙমলকত্রদুনা নুংশিৎ খাই-দোরকলে; খোনজেনদি পিং নত্রগা পেং হায়না।

চাংদমনবা ৱাহনদোক

মাইঃক পুমনমক্তা কোচিন কোয়া থুংনা অরিবা (য়েনহৌৎ) গী ওইবা ধর্ম্মগী ঈচেন অদুবু মীপুম খুদিংগী মনাকোংদা মমি তাহনখ্রে। ৱাখন তৌরুদনা থংপ্রেক থংবগী মৱোংদা পুক্রিংগী ইথক ইহুল অমা থংফাও ফাওরকপা অদুবু "পিং লাওবা" নত্রগা "পেং" হায়বা খোঞ্জেল (ইনিল) অদুনি হায়জরি।

মতাং অসিগী মৈনবা ৱারোন

অরিবা ৱাফমবু নৌহৌনা নিংশিংহনবা পৈরেং অদুবু সংস্কৃত মরোন্দা গীতা হায়না কৌই। মৈতৈগী গীতাদমা অসুমনা হাইরি।

মোইথোকপি, মোইথোকপি,
তাই, তাই,
য়েনদাই, খুংতাই,
তাই, তাই,
তরেং, লৈমা,
তখং, চোং
ফান্দা, ফম্বি,
মোইজাওবি
মাইবি চরাং
শুং পেং তং ॥

চাংদমনবা ৱাহন্দোক

মোইথোকপি=মপু মহাক্কী পাওজেন পোকথাইরকপা অমদি পাওজেন অদুবু মীয়ামগী মনাকোংদা তাহন্নবা হোংনরিবা অদুবু মোইথোকপি কৌই। তাই=মীয়ামগী মনাকোংদা মমি তাই। য়েনদাই=হায়বদি লাংওন লাংদাইগী মতম ওইবা গৌড় ধর্ম্মসু লৈরিঙৈ অমদি মৈতৈগী ধর্ম্মসু ইফুং ফাওরকপা। খুংতাই=খুংতোক্লবা পালগী মতৌগুম অমদি বুরাংবানগী মশক ওইবা ধর্ম্মগী ইথক ইপোম পুন্নমক। অকোনবগী তাই=হায়বদি ফি অনিবু লাকহ্নেন তাইবদোনা তুশনবা, অদুবু তাই তাই হায়বনি তরেং লৈমা তখং চা =হাম্না অহৈ অশিং

শাবা, খুৎ খুৎ লাওবা; চোং কান তৌবা অথংবদি নত্তবা লমপ্রাইশিং অদুবু নি। তরেংলৈমা তখৎ চোং= ভাবতি ঈতা হেক তাদদা শেকপি মচা অমদি শেম্নাংগী মতৌগুমনা খপচোং চোংলিবা অমদি গৌড় ধৰ্ম্মদা লৈজবা মীওঈ অমবু মীতৈ/মৈতৈ দা চিংশনলকনবা, লৈশনলকনবা ওনশিল্লকনবনি হায়দুনা হিগায়ৱা অমদি লানগাইৱানা মাংজিন থাদুনা মঙাংবা, গৌড়দা লৈজবা মীশক অদুনা মীতৈ/মৈতৈগী ঈচেনবু দি নুংশিরগা মীতৈ মৈতৈ অদুগা শমনদুনা চৎকনী খল্লুবদা, থাংজিং (ঈশিংদ হৌবা চিঙাক) অদুগী তিংখং অদুনা শোক্ল শমনবদা য়াদবগুম মীতৈ/মৈতৈ শিংদুগা খুংশমনগনি খল্লুবদা মপুকনিংদা তুজুংবা ফাওহল্লিবা মীওঈশিং। অদুদসু নংনা ৱাদ কাক কাক, উদা কোক কোক হাববগী মৱোংদা পনথুংফম খংদনা কোইচৎ চংলীবা কোইচোং চোংলীবশিং, তিনথৌক অমদি হলশিংনা চুহি চিনিদ হৈনজদবগুম, পুয়াগী ঈচেন ঈরুশিংবু মহাও লৌ-শনদ্রবা, লুপশন্দ্রবা অদুগা মীতৈ/মৈতৈনি হায়নদী মখৌ পোংজরিবা। ফান্দা ফমবি=মীয়ামগী লমজিং পুরেন ওইরিবশিং, মোইজাওবি=পুয়া কয়াগী পুক্লেনি হায়দুনা মখৌ পোংজৱিব। মাইবি চৱাং=খোংবানলাই তিনখাক্তগী হৌরদুনা মী লমশি মরু (শরু) ফাওবদা হরাওবগী মমিংদা মথুম মরাং হৌহমবগী ঈচেন অমা তাও-থংলকপা মত্তম অসিবু তাকলি। শুং পেং তং= নুংশিংনা নুংশিংতা তিনখিবগুম পুম্নমক মহি ময়াই

চমলখিগনি। মথক্কি শাংলবা ৱাহৈ পরেংশিং অসিবু, পুয়াগী মরোন্দদি "ফিজেৎ ফিগাই (ফুৎতাই) না ঙমদাইব" কৌই। ইথোকচরিবা লাইরিক (হনুবা হনুবি অনিগী পাল থাবগী ফুঙ্গা ৱারি) অসিস্, মতম খরদংগী ওইবা ফিজেৎ ফিথাইনা ঙমদাইবা হায়বা অদুগী মনুং চনগনি।

---

পন্দুপ ২০

শুৎ=মফম খংদ্রিবা, ময়েক শেংদ্রিবা ম্নাফম অমবু, খন্নবা হৌরকপা;

পেৎ=ঙ্খমফম য়াওদ্রিবা অদুবু, নাতে প্রমান হাপচিন্দুনা অচুম্বা অশেংবা ওইহন্নব হোৎনরিবশি,

তং=তোকঙা অমা শন্দোরকপদা, তোকঙা অদুগী মরু লেমফ্রু থিফম খংদবা, অদুগা তোকঙা তারুবা মীশক অদুনা হেন্না নাতে চাবা প্রমান তৌশন্দুনা তোকঙা অদুবু অচুম্বা ওনথোকহলি। অদুনা তশেংনা থৌবুরেন ওইবা (কর্ম্ম ধারি) ওইরিব মীশক অদুদদি দোম্বা তাহল্লি। থৌবুরেন ওইবা মীশক অদুদ, মী পুম্নমক্কী মরান থংজনফম তাইন-ফম ওইরকপা অদুবু=তং=তং তাবা হায়না খংনগনি।

থাইনগী লৈরাং অমনবি, মল্লা মল্লা লৈনুংশি হায়বা শৈরেং অসিগী মনুং চনবা ৱাহৈ থরদং, থরাই থক্তা লৈহাঙ্গা লৈরোং লাইদ কৎপগুম পণ্ডিত অমদি মাইচৌ-শিংগী মফমদা কচ্চরি।

নোংগৌবি নোংগৌবি শারি কম্বোং
তুরেল লৈনাসি; ঙম্মোইয়ে ইচা খোম ইল্লিয়ে।
হয়েং তুরেল অসিনা ঈশিং লৈরব কান্দা;
ঈশিং থকলবদি নথুন পুমমো।

নোংগৌবি=নোদম মোংথাইবিরিবা মপু মহান্না শেমগৎলকপা শাগৎলকপা হায়বা অদু ভৌরসনু। ঐখোয়না অমুক লৈবাক্কীদমক হোৎনরুদ্রদসু, নোমলুদ্রবসু মরাইনা অফবা মহৈ তাদু মতোমতা পুজরক্কনি হায়দুনা নুঙাইনা পেনথোকত্নুনা থৌশা ৱাশাদনা হোইশাংনল্লনা লৈথোকপা পুম্নমক অদুবু, নোংগৌবি কৌই। শারি কম্বোং=মহাও অমদি ময়াক য়াওদ্রবা কমলবা ৱাহৈ শিজিন্নদুনা কল্লিগী জিবনি অদুনা অদুক য়ামনা খংবা হৈবা হায়বদু ঙমলরোই, নখোয়না অখংবা অহৈবা হায়বা অদু অদুমক ওইজরো ঐগীদমক্তদি ঐনা চৎচরিমা ধর্ম্ম ভক্তি হায়বা অসিনা পুমহেন হেন্নবনি হায়দুনা নখৌ পোংনা নাপল কাজরিবা, মৈ ঈশিং চংদ্রবা অদুগুম্না মীশকশিং অদুবু (কনখ্রবা পোংজখ্রবা) কম্বোং হায়না খংনগনি। কম্বোং হায়বা চিঙাক অদুতবু নত্তে। মৈতৈনি হায়দুনা

শাফোংলবা মীওইশিংগী মরক্তস, অসিগা মান্নবা ৱাহৈ কয়া লৈরি খুদমদি ঃ— ঐহাক্তি পুয়া কয়াগী পুক্লেনি, ঐহাক্না খংলিবা ভসিনা পুমহেন হেল্লবনি হায়দুনা নাপল কাজরিবশিং অদুবু্‌স, বাম্বোংগী মনুং চনগনি। ভুরেন লৈনাশি—ৱাখলগী ঈরম খোংলম লৌখোং পুম্নমক তৌথোকলসি হায়বনি। ওম্মোঈয়ে ইচা খোম ইল্লিয়ে —লৈবাককী কান্নগদবা থবক (সদ কর্ম্ম) দা খোংদা-রকত্রবদি ভক্তনি নত্রগা মাঈচৌনি হায়দুনা লৈথোক্লিবা পুমনমক অদুবু কবুঈ কৈওয়বগী উতোং অহোবা। ননিং নমাং হোদ্রোং হোবগী মরোংদ পুকচাককীদমক তাইবংদ লৈহাও ওনদুনা তোকলে হায়বনি।

———

পান্দুপ ২১

হনুবিনা তৌবা মতৌ অদুম্না হনুবা অদুস, খাংবা ভমলকত্রনা নুংশিৎ থাইদোকরকই মখোন্দি "বোং" হায়না

চাংদমনবা ৱাহনদোক

কনাগুম্বা মীওই অমনা মীতৈ/মৈতৈ গী পাওজেল হেক ফংবগা মশামক মীতৈ/মৈতৈ হায়দুনা শাফোংনবা হোংনবদা মমা মপা, লৈকাই অমিনচিংবা মীয়ামনা

অয়েংপা অথিংবা পুন্নমক অদুবু ফোইদৎতুনা নমথাই-দুনা পোকথাইরকপা ইহল অমদি ইন্নাই ইনিল অদুবু "বোং" হায়না কৌই।

থুদম অমনা নহারোনশিংনা নোংমৈ মথোন থোক্ক খুনথাং য়েনা শন্দোকখিবা ঈহৌ, ঈনিল অদুম্না মচি মচি খুদিংদা মীতৈ/মৈতৈ হায়দুনা বোং, বোং তাও-থৎলকলি অমদি শাফোংলকলিবশিং।

———

পন্দুপ ২২

অসিগুম্না খোল্লাও অস্নি থোরকলবদা য়োংজাও খুল্লাকপা অদু মনাকোংনা তারদুনা লাল থেংনগে হায়-রিবা হনুবা হনুবি অদু থরুং মনুংদা লোৎতুনা লৈরে হায়বসি খংথরে।

চাংদমনবা ব্রাহনদোক

নুংশিরবা লৈগী লৈনমনা নুংশিত্তা কাইদোংফম ওইরগা নুংশিৎকী ঈথক ঈপোমনা নাতোনগী মনুংদা চংথ্রগা নুংশিরবা লৈনম অদু থংবা ঙমই। লৈনম অদু

খুদোমবীনা খিন্দুনা অসিমক্কী হায়দুনা পুথোকপদী ঙমদে। লৈগী লৈনমনা নুংশিত্তা কাইদোংফম ওইববুদি ঐখোয়না খংই। অসুম্মা "লৈ" হায়বদি খংবা অদুগা অসিমক্কি হায়দুনা পুথোকতুনা, থিন্দুনা তাকপদি য়াফাত্তবা অদুবু লোৎপা হায়না কৌই। অসুমনা থম্মোইগী ঈরোননুংদা ফংগদবা ঈশ্বরবু মপান থোংদা তুথ কয়াদা লৈ হায়দুনা খল্লুরগা মমৈথংদা ভাব তারকতুনা লাইনিং পৌরি চংজরকপা অদুবু "খরুং মনুংদা লোৎতুনা লৈবা" ভাব তারকপগা অমত্তনি।



পন্দুপ ২৩

হৌরিবা য়া পাম্বী অদুগী মথোংদা চংলকতুনা য়া পাম্বী অদুদা থোক থোক নোমদুনা হনুবা তারো! হনুবি তারো! হায়দুনা লাওখরে।

চাংদমনবা য়াহনদোক

ঈশ্বরগী মরমদা খম্নবা, অহন নাক্ত ফম্বা সাধু সঙ্গ (সদ সঙ্গ) তৌরুবদা অহন তাদুগী মফমদা পুক্লিংগী অমম্বা লৈকাং চুরবা, ককই থাংলবা য়াখনবু মচু তানা

শুদোক চামথোকপিরক্না ব্রাহং তৌরুবা অদুব্দু ব্রা থোক থোক নোম্না কৌই। হনুবা তারো! হনুবি তারো! — হায়বদি ঈশ্বর হায়ব করিগুম্না অতোপ্পা পোৎশক অমা লৈতে; লৈবা থোকলবদি পুথোরকত্তুনা তাফউ, মফম কাইদ লৈ, উন্নদুনা ব্রা ভাংনগে অসিন-চিংবা কংয়েং য়েংপা; মমিং পাংনা পাংনা তুমলিবশিং অদুগী ব্রাভাং অদুব্দু "হনুবা তারো! হনুবি তারো!" হায়বা পাওরৌ অসিগা চাংদমনরি।

——————

পন্দুপ ২৯

হৌরিবা ব্রা পাম্বী অদুনা থোক থোক নোমলক্পা অদুদা য়ানথরকলিখা লি অদু পৎ তৎত্নুনা থরুং অদু তারকলমই। থরুং অদুনা য়োংজাও খুল্লাকপগী লব্রাই কোইরেনথক অদুদা তাশিন্দুনা য়োংজাও অদু থরুংনা নন্দুনা হাৎতোকলে।

চাংদমনবা ব্রাহনদোক

অপাম্বা, ঋল্লকপা, মিহৌবা, য়েংথিবা, অশাওবা, অথোই নাপল কাবা অসিনচিংবা তাইবংগী ওইবা ফান-য়াই পুনয়াই (অপক কায়ব চিংদোমপোক—ময়া সংসার)

অসিবু থম্মোই লাইমিং অরাবনা থুদুম চন্দুনা মাংহনথিবা অদুবু মহে য়াইরংচান=য়াইবিরেন সিদবা (পর অত্মা) =enterual soul খংলকপা অদুবু খরুংনা নন্দুনা য়োংজাও হাংতোকপা হায়না কৌই।

মতাং অসিগী নৈনবা ব্রারোন

মোইতুমগী কুর্তনদা হঙ্গাম চমফুৎ
থুম নমদে, থুম নমদে, থুম নমদে॥

ধর্ম্মগী নামানা মকেম ফাত্তা ললাংদুনা অমদি লাও খোংলিবা, ইরাং শাগৎলিবা পুম্নমক অসিবু মোই-তুম (নুংশিৎ মতুম) হায়না কৌই। কুর্ত্তন=হায়বদি পুং শেন য়াম্না থিনবা লাওবা অমদি খোংবদা খোঞ্জেন হৌবা তান্নবা অদুবু কুর্তন হায়না কৌই। হঙ্গাম=হায়বদি লাও খোংলিবা অদুবু করি হায়রিবনো হংলুবদা তাকপিরকলিবা, থুমবিরকলিবা, তমবিরকলিবা পুম্নমক অদু ইকাই শঙ্গোয় ব্রাংমা লাল্লবা অকাম অপেৎ ভাক্তা ওইবা সংকুর্ত্তন অদুবু হঙ্গাম হায়না কৌই। চমফুৎ =লাইনিং লম্মেলগী ওইবা মচি ওইবা মচাক নত্রগা রাজনিতিগী ওইবা রাথল্লোন অমত্তসু য়াওদবা ইহাম হাম্না, মহাও য়াওদবা অদুবু চমফুৎ হায়না কৌই। থুম নমদে=হায়বদি অমৃতগী মশক ওইরবা পাওতাক পাওরৌ অমত্তসু য়াওদবা, খোইথুমনবা অমত্তা য়াওদবা

অদুবু, থুম নমদে হায়বনি। মরমশিং অসি লৈবনা লাইনিং লম্বেলগা মপানথোংগী হরাও কুম্মশিং অসিংগদি তাইম্মোন্নবা লিখুননি হায়বসি তাকলি।

---

পন্দুপ ২৫

থরুং তারকলবদা থরুং কাইরবগী মতুংদা থরুং মনুংদা লোৎতুনা লৈরমলিবা হনুবা হনুবি অনি অদু ফল চোংথোকত্তুনা নুংঙাইনা পাল্লমই।

চাংদমনবা ৱাহন্দোক

হনুবা—মঙোন্দগী হেন্না অহল ওইবা অমা লৈত্রবা পোকলেন পোকপা, শাৎলেন শাৎপা লাইয়িংথৌ (ম্নাইবিরেল শিদ্রবা) সংস্কৃত মরোনদা পুরুষ মহাকপুনি। হনুবি—মঙোন্দগী হেন্না অহল ওইবি অমা লৈত্রবা মহৌশা কৌবি লাইরেমবি হায়বদি লৈমরেল শিদবি মহাকপুনি। মহৌশা—কনাগী মতেং য়াওদনা মথনতনা লৈজরমবা, মতোমতনা হৌগৎচরকপা, শাইওন লাংওন তৌদুনা শাগৎচরকপা অদুবু মহৌশা কৌই। মীগী মরোনদা হায়রবদি প্রকৃতি, Nature হায়না কৌই। লৈমরেল =মপুগী হকচাংবু, লৈমরেল কৌই। লৈমরেলগী থৱাইদি মপু (ঈশ্বর) নি। নুংঙাইনা পাল্লমই—লাইয়িংথৌ (ঈশ্বর)

অমদি লাইরেম্বি (প্রকৃতি) অনিগী তংমন্না থানবা লৈরবা মতম চুরগী কুম্বন্ধ, "হনুবা হনুবি অনিনা নুংঙাইনা পান্নমই" হায়দুনা পাওরৌ লিরৌ (পাখোং) অসিব্ধ থমখিরমম্বি।

লৈনবা ৱারোন

হনুবিগী শকলোনদা মীতৈ কৌবা ফুরুপ অমস্ধ শাফোংলকই। মৈতৈ কৌবা খুন্নাই অমস্ধ হনুবগী ফিদুপ্তা লৌ তৌদুনা চোংখৎলকলি, অনিমক অসিগী ঈচেল, ঈচাও অস্ধমক হেনগৎলকলি, ময়েং তাথবা তৌদ। মাসিব্ধস্ধ হনুবা হনুবিনা নুংঙাইনা পানবা হায়না লৌবদা অকাইবা করিস্ধ লৈতে।



পন্দুপ ২৬

হনুবা হনুবি অনি অদুনা ফৌস্ধ লকনবদা শোরারেনদা (অরিবা ৱাহৈদা শলালেন) দা থোকলিবা থা অসি শুক্লি মতোম্না অস্ধম থিনগৎখিদুনা ৱাংখৎলকখিবনি হায়নবা লৈ শোরালেন অসি য়াম্না নেমথনা লৈরমম্বি। ৱা পাম্বিগা ৱাংব তাম্নবদা শোরারেম্না ৱাংব হেনদোকখিদুনা ৱা পাম্বিনা ইকাইরদুনা মমাই (মতোন) লুকথদুনা লৈরিবা অসিনি।

**চাংদমনবা ৱাহন্দোক**

লাইয়িংথৌ লাইরেম্মি অনিনা তাইবং লৈশেমলক-পদা তাইবংগী শুইবা পোৎলম পুম্নমকপু হায়বদি থা, থৱানমিচাক, নুমিৎ, লৈচিন, নোংফাই, নুংশিৎ, ঈশিং-নচিংবা পুম্নমক্কী লৈফম মফম চানা চানা শিন্দোকতুনা লৈহনখিবা অমদি থমখিবব্, "হনুবা হনুবিনা ফৌসু লকনবা" হায়দুনা নুঙথং পরেব্, মশু মচাশিংদা তাক-পিরমমি। শোৱারেন নেমথরমমি=হায়বদি মাংলমচংকী মতমদা চিংঙুগী ময়াই ফংলবশিং অদুনা হিংলিঙৈগী মতমদদি নুমিৎ, থা, লৈচিন নোংফাইনচিংবা লাইগী পাওতাকশিং হায়বদি খেন চাং পুম্নমকপু লাইনা খঙ-লমই থম্ন নৈনবা অমদি খঙলমবব্, শোৱারেন নেমথবা হায়বা পাওরৌ অসিব্, থমবিরমমি। ৱা পাম্বিগা শোৱারেনগা ৱাংবা তাননবা=মীওইবগী ৱাখনগী পংথৈ অমা লৈ; লৈরিবা পংথৈ অদুগী ৱাংমদা মীওইবনা করিসু খংবা ঙমদে। শোৱানেনগী (শলালেনগী) অরোইবা পংথৈব্, মীওইবনা থম্ন নৈনবা অমদি খংবা ঙমদনা অসুমমক লৈরিবা অসিব্, ৱাখননা (ৱা পাম্বিনা) ইকাইদুনা মমাই (মতোন) লুকথবা কৌঈ।

"ৱা" অমসুং "লি" গী (ৱারিগী) মিকোন থাগোনবা—

নোং ও! চুরো!
হনুবা হনুবি তাওথরো।
লাংজিং মতোন থুমহৎলো।
পাৎশোয় নুরাবী তেকখৎলো॥

নুরা=হকচাংদ ফদিনা তকলগা উনষাস্, নত্তবা ফদি মচেংস্, নত্তবা পোংশক অমা থোরকই। থোরকলিবা পোংগক অদুতব্, নুরা হায়না খংনরোই। ঈশিং ঈচাও, নোংলৈ নুংশিৎ, য়ুহার হাবা, ইকং থোকপা, অসিনচিংবা মহৌশা লাইরেম্বী (Nature) গী ওইবা থবক কয়াদ মী-ওইবনা মাংজিন থানা, হাননা করিস্, খংলুবা তৌদে। করিগুম্বা কুম (চহি) দনা মহৈমরোং চুম্বা (য়েঙ্খাং অমদি ফৌথোক য়াম্বা মরাংকায়বা কুমস্, ময়াওই। অসিগুম্বা মহৌশা লাইরেম্বীগী ওইবা মতিক ময়াইশিং অদুনা শা-রোংতুনা (dormant stage) দাগী শাফোংলকপা (occurance) অদ্ব্, নুরা হায়না খংনগনি।

চাংদমনবা ৱাহনদোক

নোং=অমম্বু, নোংদম নোংথাইরিবা (বিধি বি· ধাতা) হায়বনি। চুরো=হায়বদি নতিক নয়াই খিকথরো ফোংদোকপিরকলো হায়বনি। হনুবা হনুবি তাওথরো =লাইয়িংথৌ লাইরেম্মী (পুরুষ, প্রকৃতি God and Nature) গী মতিক ময়াইবু, তাওথোকহনবিরকলো হায়বনি। লাংজিং=থম্মোই লাইয়ুম মনুংদা খোরাং খোইশাওনরিবা লাংবগী চিং=লালগী চিং=লাংজিং হায়বদি মাংলমচংকি মতমদা মীরানচাশিংনা মৈতৈদা থম্মাইশনবগী মরম খংলুরগা খোইশাওনবগী মৈরি অমা ওমচাকনদুনা লৈরিবা অসিবু লাংজিং কৌই। লাংজিং মতোন থুমহংলো=নোং চুরগা চাকলম্ববা লামমৈ মুং- খিবগুম মুংথরসনু হায়বনি। পাংশোয়=পংথরুরবা, পংথরুরবা পুমলুরবা, শোয়গ্রবা পুমমক অদুবু পাংশোয় হায়বা ৱাহৈ অসিনা মহুং শিনজিল্লি। নুরা=নু=নুংদা থপতুনা, শারোংতুনা মশক উবা ওমদনা লৈরিবা মহৌশা লাইরেম্মীগী মতিক ময়াইশিং। খুদমদি চুমথাং থনবা থবিয়ুম শাবা, নোংথাং থাকপা অসিনচিংবা পোংশক- শিংবু ময়েক লানা থংহন উহনলপা অদুবু, “লা নত্রগা রা” হায়না কৌই। নুরাবি=লৈমরেন (প্রকৃতি) গী মতিক ময়াইশিং অদুবু নুরাবি কৌই। তেকথংলো=মাংলম চংকি তৌগুমনা হিংগংহল্লো, ইতেক তেকথংহল্লো, ইনৌ নৌনা মৈতৈ ধর্ম্মবু মপুং মরৈ ফানা শরেপ ফাহল্লো হায়বনি।

শ্রীমদ্ভগবদ গীতা ১৮ শুবা অধ্যায় ৬৬ শুবা শ্লোক
সর্ব্বধর্ম্মান পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ। অহংত্বা সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়্যামি মাম শুচঃ

অর্থ

হে মীওইবশা নখোয়না তৌনিংবা থবক পুম্নমক তৌরুরুগা, নখোইগী অফবা ফত্তবা অদুগী মহৈ (ফোন) পুম্নমক অদু ঈশ্বর (মপু) এ্রিভোন্দা শিন্নরো। এনা নখোয়গী পাপ পুম্নমক কোকপিগনি॥ অশেংবা পুক্নিং ওইহন্দুনা সংসারদগী লান্থোকপিগনি শ্রীকৃষ্ণন্দ স্বামিগী মোং মতুং ইন্না।

মথক্কী বাহৈ অসিগা চাংদমনবা মৈতৈগী পুম্নাদনা অসুমনা হায়রি।

কে কেঙ্কু, মোইরাং কেঙ্কু, মশা মমবা শত্তাই মঙ্গ্রা য়োংকি শমজেং লাইগী পোৎলোয়। কাফাত্তে কাফাত্তে; খাফাত্তে খাফাত্তে উহ তেনরে।

চাংদমনবা বাহনদোক

কে কেঙ্কু—তাইবং পানবদা থোরিবা হৈপাম মৈপাম পুম্নমক অসি মপাম শাংলা অমদি মহৈ রানবা অসি চহি চুপগী ওইদে। মতম কুইধা মপাম অমদি মাইহ অদু কেঙ্কু লোৎপী শামবদোমা পাম্নীগী মখুংদা লোৎতুনা লৈ। মতম শুরুকলধা তামজা অদুদদি মশাম অমদি মাইহ অদু শাফোংলকই। অসুমনা (মশানা মশামকপু নিংজবা)

মৈতৈলিংগী ধর্মসু কেক্সু লোংগীন্তম লোংতুনা ইলম্লগনি। মোইরাং কেক্সু—শ্রীখোইনা শঙ্গং শান্নবনৌমা তাইবং পানবগী মপুনা নুমিৎ থা, ইম, ঈশিং, মুংশিংমচিংবা শঙ্গং লোগী মনক ওইরবা লোংনক কয়া পুখোকতুনা তাইবং কুমাম শান্নরি। অদুম শান্নরিবা অসিগী মনুংদা মীওইবা খুন্নাইশিংনা খুমজিংদুনা লৈম্লিবা মফম পুম্নমক অমদি (মপু মহাক্না মউ লিংদুনা শাক্কোংলিবা) অমদম অদুবু মোইরাং হায়না লৌবিয়ু। অসিগুম্না মোইরাং অসিগী মনুংদা অখংবা জ্ঞান (Knowledge) হারবা অদুনা তুমদুনা, কেক্সু লোংতুনা লৈববু মোইরাং কেক্সু হায়না লৌরসি। মশা নম্বা—মীওইবশিংমা অশেংবা ঈশ্বরগী মফমদা চংনবগী লম্বী হায়বদি ইশাগী হক্চাংবু শাথৌরিবা য়াইবি থন্নাই (তাইবং মপুমক্কি উশিন, নত্রগা শরুক অমা ওইরিবা) অসিবু নমথরগা নত্রগা কাওথোকলগা লম্বি লমফে অমদা চংতুনা অতোপ্পা লাইফম (তুথ´) শিংদা ঈশ্বর লৈ থন্দুনা লাই থিবা কোইচংচংনৈ। অসুম্না মশানা মশাবু অনম অহা চংহন্দুনা অমম্না তাইবং অমদা তাওদুনা লৈবা অদুবু মশা নম্বা হায়না কৌই। শঙাই নম্বা—মমিং পাংনা পাংনা লোকতাং তাংবা, মম্বা তানা তানা মপংবগী মপ্পোংদা অনম অহা চুদুনা মতম শাংনা ঙাইঙমদনা লৈগদবা অদুবু শঙাই নম্বা হায়না লৌরশি। য়োংকি শমজৈ—লৈবাক থুন্নাইগী চংনবীগী লিপুন, লৈবাক ঙাকলোনগী চৈথেং, পুম্নমক অদুনা য়োংশন্দুনা লৈগদবা অমদি অশেংবা অচুম্বা খ্বাথনগী ময়োন চোংঙমদব খিবিকপু য়োংকী

শমজেং হায়বা য়াহৈ অসিনা মহুং শিনহ্রে। লাইগী পোংলোয়=চিংউশিংনা মশু মচাশিংগীদমক্তা মাংয়গদবা লিকলম লিখুন পোরম কয়াবু, মাংদনবা লোইশন থম-জয়া মফমচানা থম্বিরম্মা অদুবু, লাইগী পোংলোই হায়না লৌরসি। কাফাতে কাফাতে=নানথোকতুনা, কাফংতুনা কাপথোকতুনা লম্বি লমফাং চতথ্রগনি হায়বমক্তি ওই-থোক্তে। মাফাতে মাফাতে=মরুমনা মচা ওনবা ওমদ্রবা নত্রগা মরুনা পাম্বী ওনবা ওমদবা অদুমনা পুমমাং মাংব-ক্তি ওইথোক্তে। উইতেনরে=মপাম চাকসু, চাদ, মম্না চাকসু, চাদবগুম্মা থাংগুথক্তা লৈখাম চাদুনা উংবংম্বংদ লৈরগদবা মীওই খিবিকপু তাকলি।

পাওরৌ অসিগী অপুনবা য়াহনদোক

কে কেন্তু.........উইতেনরে। মীওইবশিংনা ঈশ্বরবু থংনবা নত্রগা ফংনবা হোৎনবা হায়বসি ওইথোক্তে। ঈশ্বরগী থৌশিল থৌদাগী মখাদা মী মহাক অদুনা ঈশ্বরবু মশক থংজগে অমদি ঈশ্বরগী মতিক ময়াইবু ফংজগে হায়না চংজখনা মতিক চাই হায়না পুয়াগী পাউরৌ অসিনা তাকলি।

মৈতৈগী অরিবা মিংথৈ অমনা য়ারি পুমনমক অসি থৈরসি


( অচি ) মেনফা মনিক।

লমাই ৩৫ গী মথাদা চিংথহনা লৈহৌরবা হাহৈ খরদং হাপ-চন্নগদবা অদুগা পন্দুপ ১৯ শুবা লমাই ৩৬ কিদি মথক থংবা শরুক্তা ওইগদবনি।

হিন্দু অশেংবা অরজ (আর্য্য) শিংনা হিন্দু ধর্ম্মদা চংচবদি রামনা সিটাগা পান্নবা, অদুগা পান্দপকা (পান্দব) দ্রৌপতিগা পান্দুনা লৈবগুমই; নাতে চাই ফজে। সিটা কৌবি ইবেম্ম অদু রাবোন (রাবন) না নমদুনা চিংখ্রে (নুপি চেনখ্রে) অদুমক্তনা চাওরবা রামায়ন থোকহল্লি। অদুগুম্না মী শুম্নমল্লি মিতাকম ওইরবি, দ্রৌপতি অদু অপাম্বগী শমথুংকম ফংনবা, দুর্যোধোম্না দ্রৌপতিগী মশাদা ইকাইবা তাকচনবা শেংচরিব ছারি, দুয়াশনদা মুনহনগদৌরিবনো; দুর্যোধননা দ্রৌপতিগী ছারি মুনাখবনা মরম ওইরদুনা; চাওরবা মহাভারত ওইহনখি। পুরানিক (ৱারি) গী চাওরবা রামায়ন অমদি মহাভারতপু ইনুংলোল= আধ্যাত্মিক=দর্শন=Philosophyগী ইচেন্দা ফজখ্রবা ৱারি অদুব, মৈতৈ (অনার্য্য) হিন্দুশিংনা থুননুংলোন (মীয়াম্না লৌনরিবা মপানথোংগী ওইবা ৱাফম) দা পুশন্দুনা মীগী মপোক্তা মশামক্কী মপোং ওইবগুম্না (মীগী মতৌ তম্না হঙোই মরিন শুং শা।) হায়বগী পাওরোদ অমদি সিটা অমসুং দ্রৌপতিবু, ইকাইবা পিবা, থোঙোইনবগুম মাংথোকপিরে। হিন্দুমচা (আর্য্যা) শিংগী লৈবাক্তা লম কোইবা চংপা মতমদা; মৈতৈ হিন্দুশিংগী মফমদা নথোই করম্না জাতীনো, করি ধর্ম্ম চংলি; অঙকপা ওইনা পাওহংই। মৈতৈ হিন্দুশিংনা হিন্দুনি হায়না পাওখুমজরবসু, হিন্দু অশেংবশিং অদুনদি মবুক মনুংদা ঙকচানে। অমদি

অনিশুবা মখমগী (second class coated Hindu) হিন্দুনি হায়না লৌই। হিন্দুশিংনা হিন্দু ধর্ম চৎপদি রামগা সিটাগা পান্নবা, পান্দপকা (পাণ্ডব) দ্রৌপদিগা পান্নবগুমই। মৈতৈশিংনা হিন্দু ধর্ম চৎপদি রাবোনগা (রাবন) সিটাগা লৈমিন্নবগুমই, দুর্যোধনগী মমুংদা দ্রৌ-পতিনা খাংগোইরুবগুম থোকই ফজদে।

ব্রাহনদোক খরদং

মীগী মতৌ তম্না হঙোই নরিন শুং শা। হঙোই =ব্রাহ্মন মৈত্র্যনা মনুংগী ইচেন অদুবু, ব্রাহং পাওহন্-নুদবা; অদুমক্তনা মনুংগী ঈচেন অদু খংলুদবা। নরিন =মনুংগী ওইবা ফজরবা ইরু ইচেন পুন্নমক। শুং শা =ঐখোয়না নুংশা সোর হোনবদা, হোনজিনখ্রিবা নুংশা সোর অদুগী অথুম্বা, জয়াকপা, অখাবা অসিনচিংবা মহাও অমত্তসু, ফাজনহৌবা ওমদে। অসুম্ম করিগুম্বা মহাও অমত্তা ঐখোয় ঈশাদ পকশনহৌদনা মাংখিবা অদুবু, শুং শা হায়বনি।

ইননুংলোন=মনুংদা ফজখ্রবা ঈচেন অমা ফুমজন্দুনা লৈরিবা, অদুবু, ইননুংলোন কৌই। খুদমদি লাইরিক অসিগী ব্রাহনদোক পুন্নমক ইননুংলোনগী মনুং চল্লি। খুননুংলোন=মীয়াম্না লৌনরিবা মপানথোংগী ব্রাফম পুন্নমক অদুবু, খুননুংলোন কৌই। খুদমদি ব্রারি (পাল থাবা) অসি মীপুম খুদিংনা হাম্না তাখ্রবনি। অদুবু পাল হায়রগা য়েনখাং লাজনি হায়না লৌই, য়োং হায়রগা উমংদা লৈবা য়োং অদুমক্কি হায়না অদুম লৌদরি। অসুম্না কুরাংবান্দা, মপান থোংদো, খাজবা, লৌশন্নবা অসিবু খুননুংলোল হায়না কৌই।

লমাই ১০গী পন্দুপ ৮গী মাক থংবা শরুক্তা হাপকদবা চিংথহোৌরব রাহৈ খরদং

---

অনিশুবা লালজাও য়ৌরকল্লবদা; মনিপুরদা ইহান হানবা ওইনা এরোপ্লেন ( Aeroplane ) পাইরকখি। এরোপ্লেনবু ইহান হেক হান্না; উথোক্তনা উরক্পা অদুদ "হা এরোপ্লেন্ মিংনা উবা লাই হায়দুনা মীওই খরনা, পাইরক্লিবা এরোপ্লেন অদুদা মখুৎ লোন্নদুনা অমদি খুরুখুদক্ কুল্লদুনা খুরম্মি। লোইননা মচিম্বানদা হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ" হায়দুনা মুরুম্ মুরুম শোল্লি। এরোপ্লেন অদুনা মঙোন্দা মখুং লোন্নদুনা অমদি খুরু খুদক্ কুন্দুনা খুরমলক্লৈবা মীশক্ অদুবু করিস্, খংলুবা তৌদে। মিকুপ খরদংগী মতুংদা এরোপ্লেনদগী বোম থাদরকলমই; এরোপ্লেন মঙোন্দা খুরুমলিবা মীওইশিং অদু বোম মচেংনা পান্দুনা শিখিরম্মি। অসুম্না উনা শাবা লাই (দারুক মর্তি) নুংনা শাবা লাই (শিল্লা মুর্তি) বু, ঈশ্বর (মপুমক্লিং হায়না খল্লবদি এরোপ্লেনদা খুরমবগুমই। মতম অদুদা পাম্রমবা ব্রিতিশ ( British ) শিং অদুনা বোম ভারক্লবা মতমদা শোক্ পন্দনবা, স্কুলগী অঙাং পুম্নমক্তা তম্মি; অদুগুম্বা অঙাংশিং অদুদি বোম্ পোকখাইবনা করিস্, শোকপা ঙমখিদে। অসুম্না লাই নিংবা অমদি লম্মোইবা তারবস্, ওজা গুরুগী ময়াথং অমগি মতম কুইনা তমবগী মখা পোনগদবনি। নত্তনা হেক্তা লম্মোইবা য়াদে। মথংদ ঈশ্বরবু মখোই ( গৌড়িয়ো শমপ্রদায় ) গী মীওই খরদংগী মপোৎ মরম্মি খল্লিবা; অমদি কাং চিংবগী লাইমাংদা

ঝাল, মাঙ্গং য়াম্মা থিন্দুনা; হরাও মথোই কারবা, থেল্লাগী মপুং ফানবা হোংনরিবশিং অসিদবু, ঈশ্বরনা চানবিগনি হায়নিংঙাই লৈতে। অমদি কৃষ্ণ শোনবা মীওই ঙাক্তবু,সু ঈশ্বরনা মীচং চংবিগনি হায়বসি ওইথোক্তে।

কৃষ্ণ হায়বা মমিং অসি মীওইবনা হেক্তা থোনজনবনি। ঈশ্বরগী অশেংবা মমিংদি ঈশ্বর (মপু) মহাক্তনা খংই; মীওইবা কনানসু খংবা ঙমদে হায়জনিংই।

---

মতৌ করম্মা মৈতৈগী হৌন লোনচং (ধর্ম্ম) অসিগা গৌড় ধর্ম্ম অসিগা তাইশনগদগে অমদি তুশিনগদগে হায়বদু "পাল থাবা" অসিবু, ইরম্মা তোম্বীয়া ব্রাংখৈবাগী পুয়ামক্তগী শিন্দাকপা লাইরোন খরদং মীয়ামদা পাওদমজরি।

লি, স্নি, বাকি, কাকি, কাক কাক কাকলি; ইপু মনাক থেঙ্গ থম পান চাদুনা শিখিবা মাইরেন চাদুনা হনলকও হা ইপু ঙিরবোই, নও মরাম লাকই হৌগংলু হৌগংলু, হনুবা অদুনা ভুমিন হৌগংলকতুনা মনাকতগী থেঙ্গ য়োংথোক পায়দুনা লামফু লামফু ফুরকপদা য়োংনাওবিশিংদো খরনা শিরে, খরনা কায়দুনা চেনখ্রে।

চাংদমনবা র'হনদোক

মীওইবা হায়না কৌবা হিংদুনা লৈরিবা (অহিংবা= জিব) পুম্নমক অসি মপা মমা অমথকতগী মচা ঙাক্তনি।

মীওবইশিংগী লৈফমনা মালেম হায়না কৌবা পুং (গ্রহ= planet) অসিমক মীওইবশিংগী লৈফমনি। মরম অদুনা মালেমদা লৈরিবা মীওই পুম্নমক ইচিন ইনাও ঙাক্তনি।

অদুবু ব্রাখন লৌশিং মপুং ফাদ্রিবা মীওই অমনা অরানবা থবক অমা হেক তৌরকপদা মহাকপু য়েক্লব অমগী মফমদা চংকদবা শাজং নত্রগা ব্রাঙাং অদুবু থাদোকলগা, ইংনা তপনা থেমজন্দুনা থর্মোই থর্মোই শিন্নগদবনি, হায়বসি মথক্কী পুয়াগী লাইরোল অসিনা তাকলি।

অহানবগী লি= মতম কুইনা লিশন থমজন্দুনা লৈখ্রবা অকাওবগী লৈরোন চনখ্রবা, ব্রারি লাইরিক পুম্নমক অদুগী মহুৎ শিনগনি।

অকোনবগী লি= কালেনগী শারবা নুংশালক্তা তেংপাক লারুং লৈয়ানবা ব্রারদুনা চোকথরবা নিপা অমনা উরুমগী মখাদা পোংথাবা, মতমদা লিরি শিংপা মালংবা নুংশিং (মপু মহাক্না শাফোংলকতুনা ঙানথোরকপা লংখৎলকপা অদুনা) চোকখরবা নুপা অদুবু মশা তেকখৎহনবগুম, নুংশিরবা ব্রাঙাংনা ব্রারি পুম্নমক লিগদবনি (ঙাংথোক্কদবনি)।

অহানবগী কাকি=কা= কয়াংলোন, কাংলোন পোরমলেন পুম্নমক কাংথোক্কদবনি। কি= তাশন্দুনা কিশি কিশিন্দুনা থম্বিরম্বা ব্রাহৈশিং; ব্রাহৈ অমথকতং হায়রগা ব্রাহৈ তরা কুন্দগী হেনবা ব্রাফংশিং খুদমদি ফৌগী মকুবু ব্রাই হায়না কৌই। ব্রাই চাইখ্রে হায়রবদি; ফৌ মকুদসু নতবা পোংশক কয়ামরুম চৈথাইদুনালৈরে হায়বসি

তাককি। অসুম্না য়াই শংখ্রে হয়রগনা; পোৎ চৈ পুম্নমক মক্ষম চান—চান থম্নখিদুনা অহাংবা মফম ফংলে হায়বনি অসুম্না য়াহৈ অদুগী তোঙানবা মনুংগী ইচেন ফংনবা থিগ-দবনি হায়বসি তাকলি। অতোপ্পা খুদম অমনা পে ু া =প্পো= পে-পু-পা হায়না খংনগনি।

অকোনবগী কাকি= উপাল অমবু য়ানথুবা তারবদি অহানবদা মখোংদগী কাবা হৌগদবনি। ফন চোংথৎতুনা মতোনদা য়ৌগে থল্লবদি চোংথৎলুরীবা মহাক অদু অমুক তারকতুনা শুদেক্তুনা মাংজগনী। অসুম্না মখোং-দগী হৌরগ মথং মথং কাথৎলকপনা মতোন য়ৌরবা কান্দা উপাল অদুগী মতোন্দা থৌগ্নী কোঙ্গোইনা কিশি লিরৌ ৌরগা উপাল অদুবু য়েংশনগনি, য়েংশনবা লোইরগা উপাল অদুবু শিংজংনা য়ানথেকপা হৌগনি। য়াম্না য়ানশল্লবগী মতুংদ থৌরি অদুনা উপাল অদুবু ভুহম্নিংবা মাইকৈদ চিংথুগনি। অসুম্না তপনা ইংনা উ কাবগী মতৌগুম; অয়িংবা নুংঙাইবা অমদি নুংশিরবা য়ারি কয়ানা কায়হৌগদবনি হায়বসি তাকলি। য়ারি তবিরিবা মহাক অদুগী থম্মোই পেৎথরকলবা মতমদা থৌরিনা উপালবু চিংথুবগুম হিন্দু মৈতৈশিংবু মৈতৈগী অশেংবা হৌনা লোনচৎ (ধর্ম্ম) দা চিংশনগদবনি হায়বসি তাকলি।

অহানবগী কাক= অসুম্না নুংঙাইরব অমদি নুংশিরব য়ারি অদুগী মতাং চারকলবদা; উতাই নাতৈ চাবা য়েংদুনা য়ারি তারিব মীশক অদুনা খংদ্রিবা পংথদুনা লৈরিবা

মফম অদুদ খুদম (প্রমান) অদুনা থেঙ্গু ওইরগা শুজনবদৌনা মহাক্কি ব্লাখনবু শুদেক্কদবনি। নত্রগা উতি, কেঙ্কু কাং-গোননা ফি শুদোকপদৌনা শুদোক্কদবনি।

অকোনবগী কাক = পাংথোকপা ঙমদ্রবা থবক অমবু হন্না হন্না হোৎনরবগী মতুংদ মাই পাকপগুম অহনবা লৈতনা হোৎনগদবনি হায়বসি তাকলি।

কাকলি = য়াম্না লিরি খোইরিনা থেঙ্গু (ঈশিং অমদি কংফান্দা লৈবা) অহিংবা (জিব) অদুনা চৎপগী মতৌ-গুম ব্লাখন চনিং লৈতাগনি। ব্লাখন য়াম্না চংবা লৈরোং অমতং নত্রগা নোমুনা অমতং হৌদোকপদা থবক্তি য়াংশনদে অদুগা লোইরবা কান্দা মীশিংগী মিত্তাফম ওইবা অদুম্না: ব্লাখন লৈতাগনি। কনাগুম্বশিংনা পেন্দবা শাওনিংবা ব্লাঙাংনা য়েংশল্লকলবসু; মরোন থোকত্রিবা অঙাংনা মপা মমাদ ফুরকপগুম খন্দোক্কদবনি।

ইপু মনাক থেঙ্গু থম;   ইপু= মিংনা উরিবা পুম্নমক, নাকোংনা তারিবা খোঞ্জেন পুম্নমক, নাতোম্না মনম লোৌ-শনবা ওমলিবা মনম খুদিংমক, লৈয়েং অমদি উনষান্না মহাও লৌশনব খংবা ওমলিবা পুম্নমক; মথক্তা পনখ্রিবা মমিং পুম্নমক অসিগী হৌরকফম (পিমাব্রা = পিরকলিবা) অমদি পুম্নমক অসিগী মপু ওইরিবা অদুবু ইপু হায়না কৌই।

থঙ্গ্ন = থেংজনব অমদি কুংশন্নবা; থেঙ্গ্ন থম = ৱারি লিবা মহাক অদো; অশেংবা অচুম্বা থম্মোই ওইগ-দবনি অদুনা "ইপু মনাক থেঙ্গ্নথম" হায়বদি ৱারি লিবা মহাক্কা ৱারি তারিবা মহাক্কা অনিমক অদু থর্মোইগা থম্মোইগা শিন্নগদবনি অমদি লোনদিন্নগদবনি।

হা ইপু শিরবোই=লৈবমক্তি অশেংবনি; ঈশ্বর হায়বসি তশেংনমক অওইবনি। অদুগা ঈশ্বর হায়বসি লৈতবগুম, মাংখ্রবগুম, খংদ্রবদোনা খন্নবা অমদি মপান থোংগী মিংয়েংনা, ৱাখল্লা লাম্বা ফংদ্রবা অদুবু (শিরবা, অশিবা) হায়বনি।

নগু ময়াম লাকই হৌগংলু হৌগংলু= তশেংবা থম্মোয়-না লাই নিংলবদি লাইগী মতিক ময়াই শোইদনমক্কি খংলকই অমদি ফংলকই। অপুনবা লাইরোন; "হা ইপু শিরবোই নগু ময়াম লাকই হৌগংলু হৌগংলু" = গোকলেন গোকপা শাংলেন শাংপা (ইপু) শারোং-তুনা অশিবগী শকলোন্দা লৈখ্রবা; নগু ময়াম (মালেমদা হিংমিন্নদুনা লৈরিব মীওই পুম্নমক ৱাখনগী মিকপ থোক-হনবিরো।

হনুবা অদুনা তুমিন হৌগংলকতুনা থেঙ্গ্ন ঐয়োংখোক পায়দুনা লামফু লামফু ফুরকপদা য়োংনাও-বিশিংদো খরনা শিরে, খরনা কাইদুনা চেনখ্রে, =

মীওইবগা য়োংশিংগা শকওং শকতা য়াম্না মান্নে। য়োংশিংদগী মীওইবনা ব্রাখন লৌশিং হেল্লি। অদুমক্তনা মীওইবনা য়োংদগী তোঙাল্লি। মালেমদা পোকলিবা মীওই পুম্নমক য়োংনাওবি হায়দুনা পাওরৌ লিরৌ (পাখোং) ওইনা থমবিরমলে। অদুমক্তনা য়োংনাওবি ওইরিবা ঐখোইগী মফমদা অমম্বা অহিংদ থাউমৈবু চুঞ্চংলগা ঙানথোকপগুমনা য়োংনাওবি ওইরিবা ঐখোইগী মরক্তা (১) মী মরূ (২) মী মহেন (৩) মী মচং (৪) থব্রাই চংখোনবা হায়রিবা কাংবু অসিগী মফমদদি ইপু [ঈশ্বর] গী পাওজেনবু থম্মোইদ চুপশনগনি অমদি তাবা (নাকোংনা তাবা) হৈগনি। অদুমক্তনা মশাগী (য়োংনাওবী—য়োংগী লমচং = শারমচং) মশামক্তা পকতুনা লৈরিবা অদুবু মাংহনখিবা "য়োংনাওবিশিংদো খরনা শিরে" হায়না তাকপনি। খরনা কাইদুনা চেনখরে=পুখোকচরিবা লাইরিক অসি খারবোন থাদুনা য়েংনবা লোনচংলোন হায়বদি সংস্কৃত হৈবশিংনা ব্যাকরণগী মতুং ইন্না প্রত্যোই অমদি সন্ধি তৌনবা; অদুগা ইংলিস হৈবশিংনা Grammar & phonetics তা য়ুমফম ওইরগা Analysis তৌনবা ইজবা নত্তে। অসুম্না কনাগুম্বা মীতৈ/মৈতৈগী কাংলুপশিংনসু আর্য্যাশিংগী মরোন য়াওশল্লে হায়দুনা "অফোংলাই" চুরবা হায়দুনা অয়িবা ঐঙোন্দা নোকনবিরকই। অয়িবা ঐঙোন্দা য়েংশননবা থাংজনলকইবা অখুবা মিংয়েং অদুগী ব্রায়েং পুম্নমক অদুগী মমিংনা "আফোজি কারবা, মী শোইরোম্বা, মোনদ্রং চুরবা"

হায়বদি থরনা কাইদুনা চেনথিবা য়োংনাওবিশিংদুগা চাংদমনবা য়াই। হায়বদি মী হিংচাবা, মী শারোই ঙা-রোইশিংগী লমচৎনি।

মশক থিখ্রবা থৌরোং; তিংথংনা পিক থগা য়োমশল্লবা থাংজিং; মহাও য়েংদুন লৌথুৎপিবগুম; অাইরিক অসিগী মহাওদমক লৌথৎপিয়ু।

অহন লমনশিংনা তম্বিরম্মি; চুমথাং মথোং থিয়ু; চুমথাংগী মথোংদা সনা লুপা য়াম্না লৈবনি। অসিনা তাকপদি ঙাংথোরকইবা, ইথোরকল্লিবা অদুগী অচুম্বা অশেংবা মনুংগী ইচেন অদুদংবু লৌশনগদবনি। চুমথাং হায়রগা চুমথাং থল্লিবা (Rainbow) তসিমথকতংবদু নত্তে মী মরু মীমহেন মী মচং অমদি থল্লাই চংথোনবা কাংলুপকি মীওইশিংগী অচুম্বা ব্রাথল্লোন অমদি ভিচৎপুসু চুম্না থাংবা থোংথাং চুমথাং হায়না থৎনগনি।

40778/Man

ওঁ (আর্চি) হিং মনিক॥

লাইরিক ফংফম :

১। লাইঁ তোম্বা, কৈশামথোং

২। লিজার্ড লাইব্রেরি, ৱাংখে

৩। ইম্ফালগী লাইরিক য়োনফমশিং

৪। লুখোই হোটেল, খুরাই সারজোর লৈকাই

মমল লুপা ৭.০০

সন প্রেস, পাওনা বজার ইম্ফাল, উষা সিনেমা হোল মমাং।